# গীতিকাব্য

শীতলাজৎ

ম্বত্বপূম্বা ওাক্লবা।

| | |
|---|---|
| কোপি মশীঙ | ২ ০০০ |
| প্রকাশক | আব, কে, মেঘজিৎ সিংহ<br>কৈশামথোং তোপ্ লৈবক্<br>ইম্ফাল, (মণিপুব) |
| অহান্বা খুৎনম্ | June 2008 |
| ফংফম্ | Pioneer Trading Co<br>B T Road Imphal |
| নম্ফম | Monica Printers<br>*Keishamthong* Bazar<br>Imphal |

# কথোক্পা

১। শ্রীলছমনশনা জন্মদাতা অমশু, দীক্ষাদাতাগী অমসু,

২। শ্রীদামোদর পাল অমসুং শ্রীচৌবজিৎ পাল মাতুল অমসু অন্নদাতা অনীগী স্মৃতিদা গীতিকাব্য অসী কচচরি ।

৩। *ঐখোয়গী শ্রীগুরুদেব - শীতলজিৎনা স্বর্গত* ওইখিবগী শ্রাদ্ধদিন ইঙা থাগী ১৭ নি পানবা (কৃষ্ণ দ্বিতীয় তিথি) তা, ২০।৬।২০০৮ ইং ইরাই নুমিৎতা শেবা ফংজবিরশিংনা কথোকচবা ।

## ৱা খরদং

পুন্সীগী চহী মতাঙ অমদা ঈশৈ ওইনা শক্পা ফানবা হায়দুনা নোংমগী অমমম্ ওইনা থোংচন্দুনা থম্খিবদগী মথাদি তানজা ফংদবদগী অদুম্ লেপ্খি। মী খ্বায়না খঙনবা ঈশৈ শক্পা শ্রীখুন্দ্রাক্পম্ জয়কুমার সিংহনা সুব পান্দুনা ঈশৈ খরা তাহন্খি। অদুদা ঈশৈশিংসে কনা ওন্থনা ঈশৈ ওইনা নাকোঙনা তাব্রবসু শৈরেং-লাইরীক্ ওইনা পাঠ তৌদুনা মতম্ লেন্বা মাগত্রা খন্বদগী শৈরেং লাইরীক্ মচা অমা ওইনা ফোঙদোক্পনী। পাঠক লৈতদুনা লাইবক্থীবা লাইরীক্ অমা ওইনা লৈগে হায়বসু শ্রীহরিনা তম্বা অমা লৈরম্বসু য়াই। মদু ঐখোয়গুম্বা বুদ্ধি থেন্শিংনা খঙবা নত্তে।

কনাগুম্বনা লম্বাই সুব পান্দুনা শক্কে হায়রবসু ঐঙোন্দগী অমাবা লৌত্রবসু শক্পা য়াগনী। অদুবু শক্কম্দাযদবা নংত্রগা শক্পা লোইবগবা লাইরীক্ অসিদা যাওবা ঈশৈনী শক্কি বসে হায়নদি শ্রোতাশিংদা লাউথোকহন্নীডগী। মদুম্ তৌবমদি লাইরীক সী পানিঙবশি য়া থিবক্পনী তানজা ফংগনী।

শীতলজিৎ

# গীতিকাব্য

(১)

প্রভু নঙবু খুদম্জে ওসি ফাওবা হি্হল্লে।
নঙগী কোলোই অথুম্বা ওসি ফাওবা শোল্হল্লে।।
মতুং কথা কুইনদি শোলহন্থিনী নমিংদো।
নুংশিজনা শোন্জবা ফংনী নমিং শোন্বদো।।
নঙগী নীঙবা তুংইন্না লেন্গে ঐসু পুন্সিসে।
নঙগীদমক্ হিংবনী নঙগী কোলোই শোন্গেসে।।
কাউজন্থীবা মপোক্কী তাইবঙ মীনী ঐহাক্তি।
নঙগী কৃপা লৈবগা নিঙজবনী ঐহাক্তি।।
ঐহাক্ ব্রানী খল্লুনু ঐগীদমক্ বাবিনু।
নঙগীবুদা নুংঙাইবা ফংহন লোইবে খন্বিযু।।
কাউজবোইংকা নহাক্পু কবিগুম্বা নুমিত্তা।
নঙবু কাউবা নুমিত্তা ঐগী পুন্সী লোম্গদা।।
অদুম্বদি ওইবগা শিবম্দাযদা নহাক্না।
ইমাঙদবু লেপ্লিব লাক্নো চংসি হাযবোনা।।

(২)

হৌজিকফাওবা লোইদিদো তাইবঙ ইবাঙ তাউবদি।
নঙবু নীঙনা নীঙনমক্ কাউবা ওম্ত্রি ইবাঙদি।।
খঙঙী, হাযনৈ মখোয়না নঙনা লেপ্পী লাইবাক্তে।
মনীঙ তম্দে মীওইবা লেন্বা মতম্ পুন্সিদি।

[২]

ইনীঙ তম্লোই নুংশিবা নঙগী নুংশি-লাংদুদা।
খুংনবা ইপাঙ্গন্ হাপ্লবুদি শোয়নুদা॥
নখুবাক্তা শাজগে হংগুম্ জগোই শাবদো।
নঙনা পীবা শিন্থাদো তৌনীঙনবু তৌগেদো॥
খঙজৈ নঙগী লীলানী তাইবং-মীওই পুন্সিদি।
নঙগীদবু হবাওবা য়াননবা লৈবদি॥
থব্লাইপানবা খুদিঙগী মথৌ শিন্থা অমনী।
অব তিতি হাপ্পদুনা হোইম্নু ঐহাক্ য়াজনী॥
পুন্সী চুপ্পা নঙতনী ঐনা নীঙগদবদি।
নঙসু ঐবু কাউথোক্লু, হিংগে নঙগীদমক্তি॥

(৩)

নু শিংথোইবা কানুনী কানু মাগী চিন্তাদা।
দেহে্ অসি গল্লেদা পাউসি তম্মী কনাদা॥
ঐসু ইনীঙ তমঙমদে মীথা পোনা নৈবিদো।
মাগীদমক চাক্পদি মৈচাক্ ফনা কল্লীদো॥
থব্লাই অমী ইঙাবা মথোঙ থম্লান্ উনীঙ্ঙী।
ফ্রাঙ্ক্রানবা খুযাদা থব্লাই মডা কংগীঙ্ঙী॥
চানবী ইতাবোয নবুদ্ধিদি খৌবনা।
উপায় অমা খন্দুনা পঙলবীদা তাকউনা॥
হৈথোয শিংথোই নখোযগী নতেঙ অদু পাম্জৈদো।
নখোযগীদি মতেঙনা ঐনা মাবু ফংনীদো॥
হুইনা চাদে নুমীৎথা শোযবোয মাবু ফংবদি।
নোংমা নংত্রা নোংমদি শোযবোয মনাক্ য়ৌবদি॥

(৪)

লাউনে ইতা চান্নবী শাসি মাগী বাবীবু ।
ইকায় ইকি থাদুনা নীঙজৈ এনা মহাক্পু ।।
নীঙঙাইদবে মহাক্তি যৌশা ব্রাশাবিদবে ।
জগৎ-নুজা পৃম্নমক্ মহাক্তবু তান্নবে ।।
কবম্ লেম্নী ঐহাক্তো শাগৈ পাল্লবিনীদো ।
ইনেম্ ইচন্ অনীগী মীচৈ-বাহৈ-থাঙশাঙদো ।।
থাঙ্শাঙদুগী থাঙম্যান্দি খাঙগুম্দেদা চান্নবী ।
অসী পৃম্না খাঙবনী মাগীদমক নু৲শিবী ।।
নঙবু চৎকে হায়রবা প্রাণবন্ধু থিবদি ।
হায়নঙাইবু লৈতেদা নঙগী বুদ্ধি থৌবদি ।।
হায়জবক্যি সখীনা ব্রাকগনু ইবেম্মা ।
নঙগী প্রেম্না চি৲দুনা কানু শোযবোয লাক্লিমা ।।

(৫)

চান্নববী ললিতা নবুদ্ধিদি ব্রাৎতদাই ।
ঐনা মাবু ফ৲নীঙকাল্ নহাক্ পাম্নোম্ ৈ৲বদাই ।।
কদৌববা ঙসিদি নঙনা তৃমীন্ লৈবদি ।
বিশাখাগা তানব তৌনে লৌশি৲ অমদি ।।
ললিতানা খুল্লক্যি ইবেম্মদি শক্হেন্বী ।
কৃষ্ণখোঙ্গুল্ লিবদি ব্রাইদা ঐদি ফজবী ।।
ময়াম্বু৲গা লোযনৈদো মতম্ লৈবা খিবিক্তা ।
সখাশি৲না কোয়শন্নী কবম্ মনাক্ চঙনীদা ।।

বিথি মানা নোংদম্-কাল্ ঙাইংসি করি হায়বগে।
তৌজমনবু চাবনী কদৌদুনা কাউবগে।।
য়ারুনদা বাথিকে নঙগী কৈছু য়াঙেনা।
সখী কয়া হৈশিংবী নঙগীদমক্ লৈবিনা।।

(৬)

হাদা বাঁশী নুংশিবী খুকময়জবি নঙোন্দা।
বাধা হায়বা য়াহেসে থোক্নববু ওইয়্রদা।।
নবুঙেঙানা খোংবা কাল্ বাধা হায়বা থোক্তুদি।
চাংদম্নঙাই লৈবোইদো ঐগী নুংঙাইজবদি।।
ইনেম্বোকী মমাঙদা শাবংতবা ঙক্লনী।
কৃষ্ণ মাগী ওইবসে মিশাইদনা ওইঙম্লী।।
নংতদুনা নহাক্না বাধা হায়না খোংলদি।
শোয়দে শোয়দে ঐহাক্না মীমাঙদবু চোম্লদি।।
ঐনা হায়বা য়ান্নদি বংশ তুম্না হাংহনগে।
নচা থাবা কৈথেন্দা মীবু থাব-তানহনগে।।

(৭)

বাধা নঙদা নত্তেনে উনীঙবগী থোয়বাঙবা।
নন্দনিংথী-মপাবি কৃষ্ণ মাসু য়াজেবা।।
য়ুম্দা শঙোম্ শুম্লীদো শঙেনবুঙদা চংলিদো।
সখাশিংদা নওনা বল্লবাম্সু লোয়নৈদো।।
য়ম্নাঙবু থাদোক্পা ওয়ন্দ ইবায় লায়নদি।
লীংথোক্নবা মতম্ থি পুইদো চিঙ্গা শোংলমদি।।

মানা নুপা ওইবসু মহাক্ অঙাও নব়ানী ।
মমা মপা লৈবনা মনীঙ তম্না ব়াবনী ॥
ব়াবৌগনু ইবেম্মা নওগা মাগা নীঙনবা ।
চম্পু মাপ্লে খেন়দে অসুম্ হায়না খম্মুনা ॥

(৮)

কৃষ্ণ লেঙপ্লে মথুরা বাধা হন্দোক্রম্বগা ।
বাইন-মৈচাক্-মৈবীদো থোইনা হেঙ্গৎহল্লগা ॥
কুইমন্দুনা কায়নবা রাধা শিগে পুক্-লেপ্লে ।
যমুনাদা চোংথব থরাই থাগে থল্লক্রে ॥
ঙাইহাক্ শম্লকবগা বনজবক্যি বাধানা ।
ঐনা শিব লৈত্রদি লাক্লবদা মহাক্রা ॥
কনানবু থৌগম্মী, শিম্নবম্মী কনাদা ।
অসুম্ থল্ল থল্লগা শিবা য়াদে হায়খিদা ॥

(৯)

ঈশীঙ শোক্পা চংশদা কদম্খোঙদা খেংনবে ।
মানা পুক্নীঙ হুখবে ঐহাক্ লৈফম্ খঙদবে ॥
কোক্তা ব়াহোং চূড়া খেং খুত্তা বাঁশী পায়জেদো ।
সনা ফীগে খোল্লিনে নুজা থম্মোই হজেদো ॥
অয়েং খুদিঙ ঙাওগনী ঐদো লাইওক্রগুপ্লে ।
ওজা মায়বা নাক্তবু পুখা য়ানা লৈবক্রে ॥
সখী নঙবু উবক্লা নোংব়ৌমান্বা কুচুদো ।
কুচুদুগী মপুনা থরাই মঙা লৌম্রেদো ॥

(১০)

তাউনে বাধে শক্‌হেন্‌বী আযন-শঙগাই ঙাল্লিবী ।
কদমখোঙগী মৃর্ত্তিনা ভূতপূ ওইনা তেংলবী ॥
মাবু নুংশিকবদি ইকাই-ইকি থাবা তাই ।
মাযদা কালি তৈদ্যা লৈবাক্‌ ব্রাথোক্‌ ওইবা তাই ।
কুইবক্তিত্তে মতম্মা হায়বিহৌগে ইবেমা ।
মাগা নুংশিনকনু ঙাওববুদি শোয়দেনা ॥
লৈববোইদো ইজংমান নযুম্‌ খাম্বী মৈহৌনী ।
কলাঙ্কিনী মিংথোন্না নমাই মাযখোঙ খুহন্নী ॥

(১১)

বাধা নঙবু ঙাওনবা অমুক্‌ নীঙঙাযদববদি ।
নঙগী কুণ্ড মপান্দা ওন্‌থোইহৌযি কালাদি ॥
বাধা বাধা শোন্দুনা ওন্‌থোইহৌবে নবুঙঙো ।
কল্লী নঙগী নুংশিলাং লৈফম্‌ খঙদ্রে নবুঙঙো ॥
থুবো থুবো থীল্লনু শেম্না শাবা লোইশল্লো ।
থীম্ববদি খু ঙনুং চোংথাখিনী খঙজিল্লো ॥
মতৌ অদু উবদা খাঙবা ঙম্‌দ ঐহাক্তো ।
ননাক্‌ যৌবক্‌-লিবনী পাউদম্‌জগে হাযনদো ॥

(১২)

সূর্যাপূজা তৌবগী মনেম্‌-যাথং ফংজবে ।
পোংলম্‌ খুনা শেম্‌শাবে কুণ্ডতম্মা খোঙশাল্লে ॥
সখীশিংনা কোমশল্ল চংলী বাধা পিযাবী ।

বৃন্দাবনগী লৈতে, মেং হাথু-হাথু খোঙথাংলী ॥
খুয়া-থম্বাল্ মমিদা খোইমু ঙ,না পাইশল্লী ।
লৈহী চুপ্‌কে নীঙদুনা ঙ,ল ঙ,ল হোৎচল্লী ॥
তমাল-উশা উবদা কৃষ্ণ শাথেক্ মান্‌দুনা ।
মবুংঙোনী নীংজকই হোৎচল্লগা কোন্‌জৈনা ॥
নীংজাও-খোঙথাঙ থা,বদি শামু-খোঙথাঙ মান্‌জৈদো ।
কবি-খোর্জৈ মাপথীহন্ লেঙজৈ ভানু মযোম্‌দো ॥

(১৩)

ঙবাঙ অহি, কদায়দা লেল্লুবগে শক্‌হেন্‌বা ।
বাধা-নাক্ত চঙশুনু তানী খোন্দি অশাবা ॥
নুজা-শাড়ী থোন্‌বদি ফৈজোম্ কদায থস্মুবে ।
কঙ্কন দাগ্‌তি থবাক্তা তাবিবদি ফজবে ॥
ঙাঙজববা যাবক ব,লংনা ঙাল্লি থবাক্তা ।
নুজা-লাইবক্-সিন্দূর শক্লে নঙগী লাইবক্তা ॥
নুজা মাগী মনাক্ত অদুম্ লৈবা যাদবা ।
কবি থোক্‌পি হায়দুনা মফম্‌সিদা লাক্‌পবা ॥
লেংবিথবো তম্নদা বাধা ওইব্রে মানিনী ।
নশক্ অদু যে,লগা অমুক্ হেন্না শাউবনী ॥

(১৪)

অহি, অসি নো,ঙাম্লে লাক্লে সখী কৃষ্ণদো ।
মমিৎ য়াম্মী হাযবদো চুম্‌দৌবিবা মাল্লিদো ॥
মাত্তে মাগী নুংশিবী জগৎসিদা ইতাবোই ।

ঐগী কবি লৈদ্না মানা অতে পাম্ফবোই ।।
থবো থাগুম্ থাজনা মানা ঐবু থাদোক্রে ।
শোয়দ্রে শোযদ্রে থাদোক্পা, মানা ঐবু থাদোক্রে ।।
বিধি মানা তম্থীবে ঐনা খেৎপা ওম্দেদো ।
নহান্ মপোক্ তৌজমল্ ফংল লৈবা তাবেদো ।।

(১৫)

নোংদোন্-থাজ নহাক্না ওসি ওান্না থোক্লেদো ।
বাধা-থম্মোই চাক্চৈদো কৃষ্ণ নাক্তা চৎত্রেদো ।।
অমম্বদা অভিসার চৎকে নীঙজবম্বনী ।
ওইবোইদৌবে ওসিদি কবম্ ঐহাক্ চৎকনী ।।
থামম্বদি অহিংদো বাধা ঐগী মকপ্পী ।
অকি অখঙ লৈতনা কৃষ্ণ নাক্তা যৌগনী ।।
ওসি সখী পাউদম্নু বৈবী ওইবে থাবনা ।
নীঙবা কাযনা লিহৌবে আযান শঙগাই-শঙবীনা ।।

(১৬)

কাযনহন্দৌ লৈবদি উনহন্নী কদৌনা ।
তম্থীদকো বিধি নঙ কবম্ থাঙনী ঐহাক্না ।।
পাঙল্ শোন্বী ঐহাক্না কৃষ্ণপ্রেম্দু থিংওম্দে ।
কৃষ্ণ মাবু কবিগী ঐগা থেংনজন্বদে ।।
মৌগী শীঙদা চন্বগা থল্লু ওমদ্রে ঐহাক্লো ।
ঐবু মাহন্নীংববা নুংশি হৈত বিধিদো ।।
কানু মাগী নুংশি লাং কবয়বু থদংনী ।
হায়পু সখী হৈশিংখী কবম্ হাযনা হিংগনী ।।

(১৭)

ইতাও সুবল খোমবাঙলে উদবনা বাধাবু ।
বাধা মানা থবাইনী কবম্ ফংনী মহাক্পু ।।
সুবল নঙনা খঙউীদো বাধা-প্রেমগী বাবীদি ।
অমুক্ নৌনা লীব্রসু হেন্না খঙউী নহাক্তি ।।
নঙনা উপায় ওইব্রদি ঐগী নীঙবা থুংলবোই ।
নঙদি বুদ্ধি-লৈবনী কবিগীবু খঙ্ভন্নোই ।।
ইতাও সুবল থীব্রনু উনহন্নো বাধাগা ।
থবাই খাবা শোয়দবে মাবু উবা ফংদ্রগা ।।

(১৮)

বাধা নঙগী নবু্ঙো কপচহৌবি খোমবাঙনা ।
নঙবু উবা ফঙদবে হায়বগীবু কন্নীনা ।।
ঐগী ফৈজোম্ শেংচন্নো শন্নাও পন্ন থোক্থবো ।
নঙগী শাডী শেংলগা ঐবু চাক্শঙ শঙহন্নো ।।
থীব্রবদি থবাই খা কৃষ্ণ মহাক্ লৈববোই ।
খোঙথাঙ থুনা য়াঙব্রদি উনহৌবা ফংলবোই ।।
বাধা বাধা কৌদুনা কুণ্ডনাক্তা ওলহৌবি ।
মহাক্ নত্ত খাম্নবা কনা অমা লৈদৌবি ।।

(১৯)

মাধবীগী মখোঙদা কৃষ্ণ মানা ভাইজবা ।
ঐগীদমক্ হায়দুনা নংত্রা মানা খোমবাঙবা ।
হৌজিক্ লেঙত্রে মথুবা বিধি ফনা তম্থীদা ।

নুজা-থম্মোই শোন্‌বনা খাঙলি কয়া ৱানদা ।।
ৱৃন্দা সখী চৎলুবা ঐগী পাউসে তম্মুবা ।
নুজা-থৱাই মঙাবু পুঙম্‌দবে হায়কব্বা ।।
লম্‌দম্ তাম্না লৈস্ত্রস্ কাউজববু ঙম্‌দেনে ।
নুপা মপোক্ পোক্লম্‌থোক্ মনাই ওইনা ইন্দৌনে ।

(২০)

ঙসি উম্‌ং পাংদৌবি নুশিববু খোঙলীবা ।
অহিং তাংলৌ মৱদা ওইনী ঐগী খোঙশান্‌বা ।।
নৃপুৰ নহাক্ ৱাবৌনু নঙবু থনম্ তাবেদো ।
নৎত্রবদি নখোন্ তা ইনেম ইচন্ খঙনীদো ।।
লৈবম্বুকো তুমিন্না ঐহাক্ শাক্লিফাওবদি ।
তাঞ্জা চাবা মতম্‌দা পুগে মাগী নাক্তদি ।।
তাঞ্জা অদু লাক্লিফাও নঙগা ঐগা কায়নসী।
নোংঙাল্লম্‌দাই মতম্‌দা অমুক্ হন্না উনসী ।।

(২১)

অমুববু উবগা কানু মাবু নীঙনীঙহৌ ।
শন্নাং পাযব য়েংবদা মাবু হেক্তা নীঙনীঙহৌ ।।
অমু কৌবা শাগেদো মাগীদমক্ লৈগুম্মী ।
অমুববু উবগা ঐবু মানা কৌগুম্মী ।।
কৃষ্ণচন্দ্র অমুবা কল্লী মাগী লীচিঙদি ।
নুজা পাঙ্গল্ শোনবীনা ঙম্‌জদেকো খাঙবদি ।।
মাগী মতুংলোংদা থু ভৌবে থবাই মঙাসে ।
নোংদম্ খীদা বিধিনা কবম্ লেম্নী পুন্সিসে ।।

(২২)

বাধা কৃষ্ণ চোংথোক্রে পিচকাবী পাযখৎনৈ ।
মশেল্ মশেল্ কাপ্শন্নৈ মফীমবোন্ চোৎমিন্নৈ ।।
মহৈ মহৈ য়েংনবা ঐনা ঙন্নে হাযনজৈ ।
লেপ্পা লৈত হৈনজৈ থব্রাই য়াওনা হবাওজৈ ।।
ব্রজগোপ গোপীনা ভাবক ওইনা লেপ্চেদো ।
বাধা কৃষ্ণ অনীগী হৈনবদি য়েংনদো ।।
খুবাক খুব জগোই শায ভাবক মখোয মযাম্দু ।

(১৩)

ফাগুপেঙ্গ্দা চোক্থবে বথাবাণী ইবেম্মা ।
খাঙবা ঙম্দ হায়বক্যি ভানুমমোম্ ইবেম্মা ।।
ভাযখো ভায়খো গোবিন্দ খাঙঙম্দবে ঐহাক্তো ।
পাঙ্গল্-শোন্বী নুজানী নুপাই থৌনা লৈতেদো
ননাই-নীবু খন্দুনা ভাক্পিযুদা ঐগ্রাক্পু ।
নখুযাদা চঙজবি তোক্লো মহী কাপ্পবু ।।
মাযথীববী বাধাগী মযাম থৈংথাক্পিখিদা
মতম্লাক্তা কোন্জবা বাবৌগনু হাযবিদা ।।

(২৪)

বসন্তনা লাক্পদা মথুম্ মবাঙ হৌনবে ।
উসু বাসু নৌদুনা নৌন অমুক্ উৎলবে ।।
নুংঙাইবগী ঈথক্তা তাওমিন্নবে লোইনমক্ ।
অহন্ - নহা খঙদবে হবাওজবে পূম্নমক্ ।।

কৌবি মদন দেবনা উৎসব য়াওবো হায়দুনা ।
রাধা-কৃষ্ণ খুয়াদা খুকম্‌সিবু হায়দুনা ॥
তাইবং জীব খুদিঙমক্‌ উচেক্‌-বায়া য়াওনদি ।
মদন-উৎসব য়াওৎবে কাবে নুংঙাই ইথক্তি ॥

(২৫)

হায়বু অসি বসন্ত নহাক্‌ হৰাওজবৰা ।
নঙগী হৰাও খৃদম্‌ ওই উপাল্‌ ৱাপাল্‌ শাংপৰা ॥
ওসি রাধাকৃষ্ণনা ফাগুখেলা শান্নৰা ।
নমীৎ থীংনা বসন্ত য়েংজহৌকো শেন্নৰা ॥
আবিৰ খুৱাম্‌ থল্লা শাই চাইনবিদো অনীনা ।
উনা য়ানা পূম্নমক্‌ পূম্‌ঙাঙ ঙাঙলে ফাগুনা ॥
তেনৱা লাবা অমোয়া ঙাৎশং ঙাঙজৈ গুলালনা
রাধা-মাধৱ অনীনা নুংঙাই মথোই কাজৈনা ॥

(২৬)

গৌৰীদাস লাক্লনা হূক্রৈ নৈহাও পবেংদি ।
গৌৰঙক্তা য়ান্‌বদা নীঙশীঙলক্‌খি রাধাদি ॥
ইবেম্মবু নীঙশীঙল গৌৰ শিৰাং শিঙ্খৈজে ।
ব্রজ-প্রেমবু নীঙশীঙত্তী গৌৰ মীংলু শিৰাংজৈ ॥
অতৎ অৰম্‌ নাইদে শি গঙ্গা ধাবা চেন্‌গুম্মী ।
অয়েং মীপুম্‌ পুক্নীঙদা রাধা প্রেমবু পোক্কুম্মী ॥
গৌৰ থেম্মী কন্নানা রাধা কৌৰ কল্লদি ।
থক্‌পা নৈবোই নীঙত্তীদা ৱাধাবস চুম্লদি ॥

(২৭)

ঙসি ওইবে শুভদিন ইকজবা মতম্‌দা ।
উকরেনে ঐহাক্তি কাম্না হাবী মাবুদা ॥
অসিগুম্বী কামিনী কয়া লৈগে জগত্তা ।
কানু ঐবু হয়াওহন্‌ লেন্‌জগুম্বী পুন্সিদা ॥
মাম্নে পুন্সি মহৈদি পোক্‌চমন্দি ফংজবে ।
কনাদবু বাবীনী ঐদি খিকম্‌ খঙদবে ॥
থম্মোই মোংপা কোক্‌হৈল্লে কৃষ্ণ ম্রাখল্‌ খম্নবা ।
পৃক্তিঙ হক্‌চাঙ থবাই পূম্‌ কংলে মানা লৌনবা ॥

(২৮)

হায়জৈ সুবল সখানা ইতাও কাহাই তাবিয়ু ।
আয়ান চাক্‌শং লেম্‌জবী বাধা রাণী কাউবিয়ু ॥
মীশোং মীবন্‌ শাম্‌হৈদে অবাবদি নংগনী ।
মাগীদমক্‌ থন্‌বদা থবাই মাগুপে হায়গনী ॥
নুজা বাম্ভে জগত্তা খন্নু নঙগী ওইনীঙবা ।
ঐহাক্‌ চংকে মনাক্তা ওইব নঙগী পাউপুবা ॥
ইতাও সুবল নঙনদি থঙদবগী মঙাঙবা ।
থম্মোই হূম্ত্রে বাধানা কবম্নবু খাঙসিবা ॥

(২৯)

কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৌদুনা চংলী গৌব প্রভুনা ।
নাশী শংবা উবদা তুংহৈল্লেদো মহাক্না ॥
শংবাম্নবা কৃষ্ণদো সিদা লৈবে হায়দুনা ।

তুব কোন্‌জৈ ঢেংনদি কদৌ ওল্লি হায়দুনা ॥
জ্ঞান্ তাবক্ মতম্‌দা নাপী শংনী খঙবিদো ।
কৃষ্ণ লৈত্রে হায়দুনা অমুক্ রাম্বুজখিদো ॥

(৩০)

চংত্রে নিমাই সন্ন্যাস লৌ শচী-য়াথং তুংইন্না ।
লৈখি পুরী ধামদুনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৌদুনা ॥
জগন্নাথ উবদা রাম্বুজখি প্রভুদো ।
উখিদ্রবা মবুংঙো হন্না উবে হায়নদো ॥
মধুপুর পাওখিবা মথুবাসী নাথদো ।
রাধা নাক্ত ইন্নক্রে হাফনা রাম্বুজখিদে ॥
লোইনবকৃপা ভক্তনা কোন্‌বংতুনা লাক্রখি।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা মিহুন্ হন্থুজবকৃখি ॥

(৩১)

বিষ্ণুপ্রিয়া লৈহৌবে লাইবক্ খুদুম্ শুদুনা ।
অহিংতাঙলৌ থেঙবকাল্ হন্দোক্রম্নে গৌবনা ॥
উদবদা মবুংঙো শচীমাতা হৌদোক্‌চৈ ।
মঙোন্দবু তাক্রম্‌দা মাংত্রে হায়না হঙ্‌চৈ ॥
মচা মাংত্রে অবদা রাম্বু রাম্বু কপ্‌খিদো ।
তুন্ন কদৌ লৈথোক্‌পি হায়না মমৌ চৌখিদো ॥

(৩২)

হনুববী ঐহাক্‌পু শিন্নবম্‌গে কন্নাদা।
ইমাগীদি থরাই ও নগুনা চংলি কদাযদা।।

শম্নাও মাঙল শন্বীনা থো৲জবদি থোয়বাঙনা।
ঐস্ু শন্বীদুগুম্নে বঙলবোইদো নহাক্রা॥
বিষ্ণুপ্রিয়া যহক্কী, ইঙুক্তবু কিশিল্ল।
চৎপ্লে নঙদি নীঙঙাইদ ঐহাক্পুনা কপ্হল্ল॥
নঙনা পেল্ল লোইবেদো ইমা নঙবু শাওদেয়ে
নঙবু হেন্না নু৲শিবা অতৈ অমা লৈতেয়ে।

(৩৩)

সীতানাথ শঙ্গাযদা গৌব মমা উনৈদো।
মমাদুবু খুকম্জ হাযখি অসূম্ নিমাইদো॥
কৃষ্ণ কৌব কল্লুনে ইমাবেম্মা অপোকপী।
নিমাই কৌব কপ্কনু, তত্ত্ব হেন্না খঙলিবী॥
কৃষ্ণ কৌব কপ্লদি লোইনমক্তি ফ৲গনী।
নিমাই কৌব কপ্লদি নিমাই মাসু মাঙগনী॥

(৩৪)

ভাবতীগী মযাক্ যৌ হাযজবক্খি নিমাই যা।
কৃষ্ণ কৌবা ঙম্লকা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌগেনা॥
কৃপা তৌবো ঐহাকপু ইপোক্ মহৈ যাল্হল্লো।
হৌখ্রে মতম্ কযাদি নীঙজবসি থু৲হল্লো॥
ভাবতীনা হাযবক্যি চহী যাম্দ্রি যহাক্তো।
কবম্ ওইনী সন্যাসী শাস্ত্র ব্রাবোল্ কাযনদো॥
নিমাই খুম্খি তন্না শিব-মতম্ নাইদেদা।
ঙন্না শিদোক্খবদি কৃষ্ণ শোল্হৌববোইদা॥

শাস্ত্র মশু মহাক্রী কন্নানবু য়েংভম্মী।
তম্না শীখি দীক্ষাদি নিমাই হ্বাওজবম্মী॥
(৩৫)
মহাপ্রভু নিমাইদি অবতাব মকোক্রী।
মমাঙৈভদা ওইখিদ্রি নীঙদে অমূক্ ওইগনী॥
মীপুম্ থৃদিঙ চঙজব শাপী নংশা নত্তবা।
হ্বি মিংলেন্ শোল্হল্লী অমতবু থাক্তেবা॥
বাধা লমন্ শিংজখি কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৌদুনা।
পূন্নী চুপ্পা লেন্জখি কৃষ্ণ প্রেমু য়েন্দুনা॥
কলি কৌবা যুগসিদা গতি অমা নৈতেমা।
হ্বি শোল্লু লান্গনী অসূম্ পাওমেল্লম্মিমা॥
(৩৬)
ভক্তাবতাব গীধনী তাক্খি ভক্তলীচক্তি।
তক্ত মকোক্ লীচংতো হালেংখিদে তাক্পদি॥
সংসাব বিষয় পুম্থা থা নীঙখি নন্দ মশাবি।
চাবা তৃষ্ণা কাউথোক্নি শোল্ল কৃষ্ণ-কংসাবি॥
চংখি থোঙনা মতম্ভ ব্রজ-ম্যাকৈ তম্নদ।
পাম্না কৈনচিংবনা শোনখি কৃষ্ণ তন্নদ॥
অউ অউ পোংশিংদু কৃষ্ণ ওইনা উজখি।
প্রাণনাথ হাযদনা হোংচন্দুনা কোনজখি॥
(৩৭)
ঙসি এহাক্ ইতাবোয় কদমখোঙদা-ভান্জবা।
তম্না মাবু উকবে শাথেক্ অহুম্-থেক্চবা॥

উবদগী হৌজিক্‌ফাও কাউগে হায়বা যাদেনে।
কবি যাদু হৈবনো মহাক্‌পুদা খল্লেনে॥
যুম্‌গী থবক্‌ কাউখবে অঙাওবগুম্‌ লৈবেদা।
মীনীল্‌ তাব খংপ্রেক্‌খং জ্ঞানবু ইতা তাদেদা॥
খুত্তা বাশী পাযজৈদো কোক্তা চুডা থেৎলিদো।
শাথেক্‌ অহম্‌ থেক্‌য়িদো চীন্‌বান খোযকুম তৌয়িদো॥
কদম খোঙগী তম্বলাই ওক্লকবে ঐহাক্তো।
জগৎশুম্বা কানুনী অতৈ নত্তে মহাক্তো॥

(৩৮)

চাংদম্বভাই লৈতনা ফজবনী কৃষ্ণদো।
নহা-নুবী-যুবতী ভাওহ্‌-ভম্বা মানিদো॥
জগৎশুম্বা বাশীখোন্‌ তাহল্লগা মহাক্লা।
থৌবী পুল্ল চিংবগুম্‌ চিংগনবনী হৈজ্যা॥
সতীধর্ম্ম কায়হল্লী মচা-মত্ত কাউহল্লী।
মাগীদমক্‌ লৈদৌনী হাযবা ব্রাবোল্‌ পুথোক্‌য়ি॥
তম্‌খিবনী মহাক্তো নুজা লাংথাক্‌ হৈবনী।
অমুক্তংবু কৌঅদি যুম্‌ কৈ কাউহন্‌গন্‌বনী॥

(৩৯)

কৃষ্ণচবিত খঙঙব্রা বাধে নভবু তাবিব্রা।
জগৎতবু লৈবিবী নুজা লোযনা পাম্‌জবা॥
বন্দাবন্দা পোক্‌শনী হনুবীফাও পাম্‌জৈদো।
নুপাদবু ওইবদি নাম্বোনবীফা ও খাক্তেদো॥

নুজা মখল্ খুদিঙনা মহাক্পুসু পাম্জৈনে।
লম্পট-চূড়ামণিনী নুজা-লাংথাক্ হৈবনে॥
অঙাঙ নাওবা ওইনদি মাখন হূব চাবনী।
পাখঙ ফাব হৌজিক্রা নুজা হূবা চৎপনী॥

(৪০)

হূবান্গনু পাউতাক্মি পূক্লীঙ কদৌ হূবাগ্নী।
সতী ওইয়ু পাউজেল্লী, ঐবু কদৌ মাঙহল্লী॥
ভক্চৈদকো কৃষ্ণ নঙ কবিবুদি হায়সিগে।
ননী মাখন হূবদি কবিনীবু হায়গেগে॥
গোপী ফনেক্ হূবাগ্নী ইকাইববু পীদুনা।
অমমম্বু কাবক্ল নফি লৌবো মহায়না॥
নুপী ওৎপা পাপ্চাওনী হায়নৈ ধর্ম্ম-শাস্ত্রনা।
নঙনা লেংবা শাস্ত্রবু কবিদৌনা ইন্দেনা॥
যশোদাদা তাক্কনী নবম্চৎতো মূৎনবা।
ন্নাবক্ চৈম্ফু চাজনী যশোদানা পেন্নবা॥

(৪১)

যশোদাদি ইমানী মচা-নুংশি-খঙবিনী।
মচাগীবু হায়বদি নাপঙবীবু শাবনী॥
ন্নাকৎ তাবোই অমতা মচাবুদা নীঙবনী।
মচাগীবু ন্নাখন্না অতৈ পূঙকাউ কাউবনী॥
হায়জনীঙবা হায়জন্জৌ নাচুংবিবোই ইমানা।
ঐগী যাইফনবতা খল্ল নৈজৈ মহাক্রা॥

ব্রজগোপী নখোয়দুম্ চেক্শল্লুকো চেক্শল্লৌ।
ইমানবু কান্নক্কাল্ নখোঙ যাঙনা চেম্থোক্চৌ।।
নংত্রবদি গোপীশা নচা-নু্শি মৈচাক্লা।
কাহৎচনী নখোযপুম্ মসি খঙনা চৎচৌনা।।

(৪২)

হদো বাধে নীঙথিবী কবি অমুক্ হাযগনী।
নঙগী নু্শি মৈচাক্লা কাহৎপনা মুবনী।।
কন্ত্রে নঙগী নু্শিলা্ কাহৎমখৈ খাঙলিদো।
গতি লৈত ঐহাব্সু বাশী পঙকাম্ কাম্মিদো।।
নঙনা খাম্জে হাযদুঙায বাশী মাসু তোক্কেদো।
মপুনীঙবা বাশীনী নু্শি লম্জেল্ তান্নবো।
ঐবু নীঙবা কনানা হেল্লবগে যেংবো।
বাশীনবু হেল্লদি নহাক্ অদুম্ লোৎখবো।।
নহাক্রবু হেল্লগা ঐগী নাক্তা চেল্লক্লো।
নচন্ ননেম্ কিক্নু মীয়া-ভাঙবা তাকনু।।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৌদুনা কোইচৎ চৎপা তোক্লনু।।

(৪৩)

হিনাওশাবা কাহ্খাইও তপ্পা হোল্লু হিবেন্দো।
ঐখোয শঙ্গোম্মোন্বীনী ইবোমবদি হৈত্তেদো।।
থোক্ থোক্ নোম্মী হিজাওসি চঙলে ঈশীঙ শঙ্গোম্দা।
তপ্পা তপ্পা হোন্বিমু ঐখোয় যাম্না কিবেদা।।
টাইব্-ইবাক্রববু লান্গে লৈবি কাউববা।

পীয়ু শঙ্গোম্ নখোয়গী হিবান্‌মল্‌বু ওইদা ।।
য়ৌনী থুনা বাংমদা থরাই কৎলু ঐঙোন্দা।
সংসাব ইবেন্ চাউবনী চাংজৌ লাম্বা ব্রানৈদো।।
লান্‌বি-হৈবা হাযদুনা ঐবু মীনা শোন্নৈদো।
চঙজবদি ঐঙোন্দা লাম্নী সংসাব ইপাক্তো।।

(৪৪)

টাইবঙ-ইবেল্ চাওখিদা লানহিদি নৈতবি।
কন্নানবু লোইবিবা কনাদসু হংদবি।।
লেপ্তে পুন্সি-খোঙচত্তি হিহোন্‌বদি থিহৌদে।
হায়নৈ নন্দ মপাবি কৃষ্ণ হায়না কৌবদে।।
হিনাওশাবা মকোল্লী ওইদো হিবেন্ মমিংনা।
মমিং শোল্ল চৎলদি টাইবঙ-ইবেল্ লান্নিনা।।
কাউগনুকো টাইবংপান্ কৃষ্ণ হায়বা মিংলেম্মী।
অকি-অখং নৈতনা লান্নি টাইবং ইবেল্লি।।

(৪৫)

ব্রজগোপী পুম্নমক্ মফিমবোল্ লৌথোক্ল।
শান্নজবি হবাওনা যমুনাদা কুম্‌থব।।
কৃষ্ণ লোন্না চঙদুনা মফি মবোল্ হুবাল্লী।
কদম থক্তা কাবগা উশাদবু পুন্সল্লী।।
বাশী খোংল খঙহল্লী নৈবে ফিদি মনাক্তা।
ফিথোক্লবী নুজাশিং ইকায়বনা লোইখিদা।।
ইকাই শেন্‌গোয় হাঙ্গলবী নুজাশিংদা হায়খিদো।
ইকাই ইকি থাবগা ঐহাক্তবু ফংনিদো।।

(৪৬)

বিধি বুদ্ধি ব্রাৎলিদা অনী কায়নহন্দৌবে।
নুমীৎ মাবু খাম্দবে চীংখৈ যিদুপ্ হুল্হল্লে।।
থাজ ময়ুম্ চঙখবে তালোই থবো উম্শল্লে।
খোইমু থম্বাল্ থাদোক্লে কবৌহন্বু ভাইহল্লে।।
মতৌ অসুম্ লেন্বনা মীৎকপ্ থোক্লে কানু বাই।
মফি মবোল্ খোম্জল্লে চৎনদৌবে মবান্যাই।।

(৪৭)

বাধে নঙবু কাউঙম্দে মীৎকৃপ্ খুদিঙ থল্লীদো।
ইতশ্নাক্তা কোন্জব যেংল লৈজনীঙঙীদো।।
খঙঙ্ বাধা নহাক্লে কৃষ্ণ ঐগী থবাইনী।
জগৎনুজ্জা-লক্তব্বু নঙনা ঐগী ওইবনী।।
চাবা থক্পা মতম্ পুম্ তাইবঙ মঙলান্ অনীদা।
বাধা নত্ত অতৈমা খন্ববুদি লৈতেদা।।
মীৎকৃপুনা য়েংজগে বাধা নঙগী মায়থোঙদো।
মর্ত্তাধামগী পুন্সিসে নঙগীদমক্ লেন্গেদো।।

(৪৮)

আধান্ ময়ুম্ শঙবদা কৃষ্ণ মনাক্ যৌঙম্দে।
ইনেম্মোক্তি জটিলা শঙঙী মানা ফম্লদে।।
পাঙ্ঙী মতেঙ মাগীদি মচাবেশ্মা কুটিলা।
মহাক্রদুম্ শাথীদো লৈদো মিৎশেল্ খাঙগৎলা।
মবক্সিদা ঐহাক্তা খোয়বাঙনদি লেল্লিদো।

পৃঙফম্ ভাযবা থোক্রবা  মৌননবা মনাক্তো ।।
বিধি মানা চান্বিকাঙ্ ঙম্জে মুস্থু থাদোক্পা।
নু,শি নঙগী ননাক্তা যৌববুদি ঙম্জেবা।।

(৪৯)

বাধা নহাক্ ঐহাক্কী শক্তি মকোক শাযোম্নী।
হ্লাদিনী শক্তিনা বাধা নহাক্ ওইবনী।।
নঙগা ঐগা থানদে মীৎকুপ্ অমা ফাওবদি।
মীবম্বেন্দা তোঙান্নী, লৌমি মূর্ত্তি অনীদি।।
তোঙান্নবা মূর্ত্তি-লৌ ঐখোম তোঙান্নবনী।
তোঙান্দনা তোঙান্বা মাম্ল ঐখোয লৈবনী।।
তাইব, নীনা শান্নীভ আযান নাক্তা থাবনী।

(৫০)

তানু মমাম বাধিকে তাউকো ইবেন্ ৱা হাযগে।
নন্দ পাবি কৃষ্ণগী চবিত তাউকো নীথগে।।
ইকাই ইকি ইজৎঙাক্ নু শিকবা যাদেদো।
বাধা মি,চৎ থীজনী ঐগী ৱাদি তাজৌদো।।
কলঙ্কিনী মি,থোন্দু ফ,জগনী শোযদৱা।
কৃষ্ণ প্রেমদা লুপ্কনু মহাক্ নঙগী নত্তেনে।।

(৫১)

কবম লেপ্লি বাধিকে আযান্ শঙ্গায-মৌ ওইনা।
কবম খাঙলি কৃষ্ণগী নু,শি-মৈচাক্ নহাক্তা।।
নযুম পান্বী নহাক্তা মীৎমেঙ্-কাবন্ চন্বদি।

য়াগে নাবাণ লেপ্পনী হায়নীঙউীদা ঐহাক্তি ।।
কৃষ্ণ নুংশি নীচিঙদি খাঙঙম্‌দবা নীচিঙনী।
পাঙ্গল্‌শোন্‌বী নহাক্না খাঙববুদি য়াব্বিনী।।
মতাবোমগী য়াহং তা বাধা খুত্তম্ খঙলম্‌দে।
মীংলু-পিবাং শিঙ্গ্জ কমিমতা উবম্‌দে।।

(৫২)

বাধা নঙবু ঙাওববা নযুম্ পাল্ল ফাওবদা।
কৃষ্ণ কাউবা ঙম্‌দবা মীনা থীনা ঙাঙনৈদা।।
ব্রজবাসী অয়াম্না উচেক্ কাক মানৈদো।
মীয়া ঙাঙনা লেন্‌বদি মহৌশানা হৈজেদো।।
নাকোঙ অনী মেন্‌শল্ল চংলে ঐখোয় লম্বীদা।
নতাবোযনী ঐখোয়দি কবয়বু খাঙনীদা।।
মাযদা কালি তৈবদি নুংশি মঙুং লাংগীনী।
নুংশি মাগীদমক্তা ইকাই ইকি কাউদৌনী।।

(৫৩)

শাবী মান্‌জা কাক্কাউনা খোঙদি কাবন্ চল্ল লেপ্।
বাশী থল্ল চীন্‌বান্দা নৈবে ঙাযব যেংল চপ্।।
শানৌ বাধা হায়নদি থোক্‌মি মাগী বাশীদা।
বাশীখোন্দু তাবদা নৈফম্ খঙদে ইথক্তা।।
কনা নৈবি খায়বা খাম্বিরুবা কৃষ্ণদো।
ইপুবোয়বা নৈবিনী হায়ক য়াদি কাপবেদো।।
হপেংমুক্কী মপোক্তা কৃষ্ণ ওইনা পোক্কেদো।
মাবু বাধা ওইহল্ল ঐগুম্ খোযবাংহন্‌গেদো।।

(৫৪)

চাওথোক্‌চনু রাধিকা নুপা হায়রা জাৎসিদি।
তারাগীবু মপুনী হন্দোক্নী নোংমদি।।
মাবু ফাগে লুম্‌জবি চন্দ্রাবলী মবেম্মা।
ফাত্তবদি মহাক্না নপী তানী ইবেম্মা।।
নাপল্ মথাই কাবদি কৃষ্ণ ফংবা যাদেনা।
তোল্লু তাব-মপুনী যাদি মথায়গীনিনা।।
নথন্তগী ওইগে থাং ওইবা যাবোই খণ্ডনা।
তোল্লু নুজা ওইদুনা কৃষ্ণ মাপু ফাজৌনা।।

(৫৫)

ওইন চাওবী রাধিকে খাদোক্লোনে ওইবা।
মীচম্ মতে কৃষ্ণসে নাম্নী তরাই খল্লুবা।।
নুংশি ইহবা মহাক্নী নুজা খম্মোই হুবনী।
অদুক যেংসি তৌবনী ওইরবদি মাঙজনী।।
মানা অমুক্ ওইথোক্ নঙবু হন্দোক্ চৎখ্রদি।
চন্দ্রাবনী মহাক্তা কম্‌দৌগনী লৈত্রদি।।
থাবো নঙগী মান অদো, তুফক্ তুফাই চন্‌খবে।
কবি তাম্বজ ঙমদখৈ নমাঙদবু লেপ্লবে।।

(৫৬)

রাধা নঙনা থরাইনী রাধা নঙগী হিংবনী।
ঐগী নুংওইনবগী নঙগী মিংন্নন্ শোন্‌বনী।।
রাধা নহাক্ নত্তা ঐহাক্ কবম্ হিংগনী।

বাশী মখোন থোক্লবোই, নমি, কৌব পেন্‌বনী ॥
পূক্‌চেন্ ফবা নবোঙদু ইকোক্তবু থম্বিবো।
নু,শি মৈচাক্ মহূকন্ চাক্লিবসে কোক্‌হল্লো ॥
নুংশি-মীৎযে, য়েংদুনা নবায অদু হাইগৎলো।
ইত্তৌ অসি য়েংলগা অশাওবদি কাউথোক্লো ॥

(৫৭)

ভক্ত মখা পোন্‌বও চাউনা পীক্‌পা হৈবও।
শাজৎ খঙঙম্‌দবও তৌনীভবদা তৌবও ॥
নঙবু কবম্ ফ,গনী উপায কবি লৈবিবা।
নঙনা চান্‌বীবদদা নঙগী ঐহাক্ ওইনীবা ॥
নঙগী ভক্ত নাক্ত কূন্ নঙগী তত্ত্ব নৈনদে।
নঙনা চান্‌বীববদি ওইনী তত্ত্ব-খঙবদে ॥
নঙনা নীঙবা নুমীত্তা ঐবু নঙনা কৌবক্লী।
ঐসু থৌনা ফনদি ননাক্ যৌজববকনী ॥

(৫৮)

লৈকাই ইমু, চঙদুনা মাখন হূবা চৎলুনু।
মাখন শু,লি ইমানা মীপোৎ-মীবন্ পাম্লুনু ॥
নঙনা মাখা হূবগী ব্রাকৎলৈদো লৈকাইনা।
ইমা খুম্‌ফম্ খঙদবৈ লেপ্‌খি তুমিন্ ইকাইনা ॥
ইশন্ লক্ষ মাপন্নী ঐনা শু,বা মাখন্দি।
লোইনা চাবা ঙম্লোইদো কদৌ চৎনুই হূবদি ॥
নন্দ নি,থৌ মচানা হূবান্-মিংথোল্ ফ,বদো।
নপাবুঙনা তাবগা কবম্ হাযনা খাঙনীদো ॥

(৫৯)

চৎলি, বাম কৃষ্ণনা শিঙা বেণু খোঙদুনা।
শন্নপ্ শনাও হোইদুনা শনজেন্‌ববু চৎলিনা।।
কৃষ্ণ উবা মীশিংগী থম্মোই হূজৈ মশক্রা।
মমীৎ কৃপ্তে যেংবদা শিবা, শিষ্টে মীৎলু থন্।।
মপোক্ মহৈ যান্‌জৈনা নু, ঙাইব যা পৃক্রীত্ত থন্।
শন্‌বী শন্নাও হোইবদি অঙাঙ নাওব্রা অনীনা।।
পৃথ্রীল্ নীল্লী লম্বীদা উব পৃক্রীত্ত হূখিনা।
অট্টালিকা মথক্তা কাব গোপী পৃম্বনা।।
যেংখি কৃষ্ণ মবু,ঙো কৎখি থরাই লোযননা।

(৬০)

গোপী-থরাই ওইবিবা নন্দবাণী থরাইও।
সখাশি,গী গতি ও ডাইবঙ হিবেন্ হোন্‌বও।।
মণি-নৌবেন্ পাযদুনা হোল্লু লাম্নহিবেন্দি।
নবান্‌য়াইবু যৌনবা লম্মৃক্রবা জীবদি।।
খুযা-থম্বাল্ বজ ওই লৈহন্‌বিযু জীববু।
নঙগী মাযা লা,দগী লৌবৎপিব তন্নবু।।
নু,শিহৈবা খুদম্ উৎ নমীং কোলোই শোল্‌হল্লো।
নচা ননাই ওইনদি খুম্না খাদা থম্বিবো।।

(৬১)

লোম্ছোক্তবী ব্রাঙাঙবী ঐগী ইশ্ থোইবীনী।
চহী অনী মপৃঙনী মীবোল্ খঙবা হৌবিনী।।

কপ্প কপ্প ৱাকৎচৈ কনানসু তাবিদে।
মীনা চৈজ্জৈ হায়দুঙাম কবিমত্তা নাচুংদে॥
ইশূ থোইবী থোইবীনী মোইবাং থোইবী কদৌনী।
ইশৃত্না মহেন্নী মপু পেন্না পোক্পনী॥

(৬২)

অহিং তাঙ্লৌ থেংবদা নিকুঞ্জদা থুংলবে।
ৱাধাকৃষ্ণ অনীমা ৱতিলালদি হৌৱবে॥
সখীময়াম্ হন্দোক্লে কিঙ্কৰীদি লৈহৌবি।
সেবা ঙাইজ্জৈ হৱাওনা মাথং তৱাম্ ঙাইজবি॥
শাগোন্নজৈ অনীদো চুপ্চৈ কোন্জৈ পামজনা।
জগৎ-পূন্না কাউথোক্চৈ নুংঙাইবনা লোইজৈনা॥
ৱতিলানগী থৌগন্দা চঙজৱৱু ঙম্গদ্রা।
মতীক্চাদে হাযদুনা তথী তথী চৈগদ্রা॥

(৬৩)

নোংঙান্দৌৱে ইবুংঙো থাদোক্লৱ পুম্হন্সি।
ইনেম্ ইচন্ তৌবন্ন হৌজ মান্নে চোম্নসি॥
এইদ পৱেং লেংলগা ঙাঙম্রী ইতৎ তত্তনা।
মীনম্হৈবী হায়দুনা লঙনৈ সখীশিংদুনা॥
মাহৌঙন্বী অওক্পী হায়না কবেম্ কথামনৈ।
সেবা মতোল্ লোম্নব্রা-হায়না অমূক্ কবেম্নৈ॥
হোবেন সূর্য্যপূজাদা উনবসি ইবুংঙো।
তোম্নবীবু থাদোক্লো থেঙলে মতম্ ইবুংঙো॥

(৬৪)

থানীওদেদা বাথেও থাদবদি য়াদেদো।
মীকিবগী জাত্তাপোক্ ইকাই-শেঙ্গোম হাওনীদো।।
বতিলাম্না কন্‌বনা হক্‌চাঙ পূম্না চোক্‌থবে।
থাদোক্লীওদে নহাক্‌পু অসুম্ কোল্লে লৈনীওলে।।
নথাকোন্দা লৈবদি নুংঙাই-ইপাক্ তাউবনী।
কবিগবু চা‌ংদম্লী নুংঙাইবনা লোইবনী।।
নফীনবোন্ খোম্‌জল্লো নশম্ ননা শেম্‌জল্লো।
বতি-চিহ্ন লৈহন্নু হৈনা-শিংনা খোঙশাল্লো।।

(৮৫)

কৃষ্ণ লাক্‌প্লা য়েংঙুচো মতম্ তাংলৌ থেঙববে।
নহাক্ নত্ত ঐহাক্নী তেঙবাম্নবা লৈতবে।।
চন্দ্রাবলী-কুঞ্জদা চৎলম্লসু ময়াইদো।
অদুমক্‌পু মত্তামক কবি তৌগে য়েংশিদো।।
ইপুবোইবা হন্দোক্ল থৌনা ফনা লাক্‌পনী।
রাধওদবা কৃষ্ণদো ঐবু ওৎলা নুংঙাইনী।।
য়ুম্‌গী কিবা লোইদবি কৃষ্ণবুসু ফংদবি।
হায়য়ু তাসি অচান্‌বী মতম্ কবম্ লেন্দৌবি।।

(৬৬)

বাধা মনাই অচান্‌বী কুঞ্জ-কোহ্লোঙ লেপ্‌চকই।
মবেল্মনা থৌবাংবা কৃষ্ণ লাক্‌পা য়েংজকই।।
কবিগীনো হৌজিক্‌ফাও লাক্লিব্‌বদি থল্লম্মী।

লাক্লকাল্দা চৈগেদা লাক্লগেদা নীঙলম্মী।।
ঙায়হাক্ লৈব কৃষ্ণদো শক্উৎলরে সখীদা।
বাধা শাওবি চঙজুনু হায়না কৃষ্ণ থিংখিদা।।
চাওয়ি বাধা মনাইদি কৃষ্ণ চীবোল্ তৌজবি।
*চাহ্লু ঐবু অমুক্তা বাধা উগে হায়জবি।।*

(৬৭)

কবির্গীবু থেংলক্পা লম্মী থৎপা য়াওববা।
চন্দ্রা কৃষ্ণ চঙদুনা মতম্ নুংঙাই লেন্ববা।।
নুজা শুম্‌হৎ শক্তানী খঙজৈ ঐসু মুয়াগি।
হায়নবগী ঙাইবনী মতম্ অসুক্ কুইর্নদি।।
লেংশন্‌বিযু শয্যাদা চন্দ্রা মান্‌ব্রা ময়েঙজু।
মান্নবম্‌দা থোক্লসু নুংশি নুংশি ঙাক্‌পীয়ু।।
কিনা কিনা য়ুম্‌দগী থোবক্‌পনী থোক্লীঙনা।
থৌশাবিবম্‌দবনা ব্রাবগী পন্দোম্‌লোম্মীনা।।

(৬৮)

*ঐসু থেঙ্গে থেঙদেদো শৈব্যা থেংনৈ লম্‌খাঙদা।*
ফাব পুবে চন্দ্রা তান্ ঙাইহাক্ ফম্‌থকবেদা।।
ফম্বা য়াদে নৈতানা থোয়বাং থোয়বাং লৈখিদো।
লুপ্ল নঙগী ব্রাখন্দা লেন্‌খি মতম্ ব্রানদো।।
বাধা নঙনা থবাইনী নহাক্ নত্ত লৈঙম্‌দে।
থেংলবসু থেংজনা ঙম্মী ননাক্ য়ৌবদে।।
ব্রাবৌগনু নুংশিবী নশুলাংগী হিংবনী।
অতৈ অমা খন্দেদো নঙগীদমক্ লৈবনী।

(৬৯)

অহিং তাংলৌ থেংলক্লে শয্যা শেন্নরগনী।
বাধা রানা ওাইবয়ী ঐবু রাবৌবন্ননী।।
মতা মনাই থাদোক্লে কৃষ্ণ–লখী য়েংলয়ী।
ঐহাক্ লাক্পা ওাথদুনা মীংশেং থাওনা লৈবয়ী।।
অসুম্ খল্ল কৃষ্ণদো খোঙথাঙ য়াওনা থোকক্য়ি।
অমম্বগী লম্বীদা খোয়বাওননা খোঙথাঙী।।
উনৈ সখী ওাইবশী থেঙত্রে হাযজৈ কিজনা।
বাধা মনাক্ তান্নবু কৃষ্ণ পুখি সখীনা।।

(৭০)

অসূক্ থে‌ংনা লাক্পদি কাউত্রমাল্লে নীঙলুবে।
থম্মোই তনীক্ তনীক্ ওাই কপা রানা লৈকবে।।
চীঙগাবনা চীঙগুম্ন অত্রা কাউগুম্ হৌজিক্তি।
সোথ তপ্রা হোল্লেদো মাঙত্রে অরা পূম্বদি।।
ওসি নুংঙাই শান্নবা লেল্লগনী অহিংসি।
চরণ-সেবা ফংলমী মহে যাল্লে অহিংসি।।
চরণ থাদা কংচবে থরাই মতা ঐহাক্কী।
মপোক্ মপোক্ বৃদিতদা ওইগে ননাই নহাক্কী।।

(৭১)

যমুনাদা চংকনু ইশীঙ শোক্কে হায়েশন্ন।
মবিল্ চুম্দে খঙবনী, চংপা শাবি মান্শন্ন।।
ননেম্ লৈবি নাচুংদে নুপা পাল্লি কিবিদে।

কনানোনে নহক্কা উনকগে চৎপদে॥
হায়নৈ কৃষ্ণ তৌওম্বা মীশক্ মীযাম য়েংগন্দে।
মপুবোইবা নৈবীসু খাক্পা খোংপা হৈগন্দে॥
কদমখোঙদা বাঁশী পাখ খোঙবু কাব্ চ্বেদে।
জগৎতুম্বা মিৎযেংদা হৈজবনী য়েংবদে॥

(৭২)

শ্যাম নঙবু মুই চাযনা হায়ব্জ শাবি কনানো।
ইমীৎ অসি মঙোন্দা পাম্লম্নদি খঙনীনা॥
জগৎ ভাম্না ফজবা কৃষ্ণ শক্ফম্ অদুবু।
মমীৎ পাল্লি উদবা কবি হায়নী মখোয়বু॥
নপোক্ মহৈ যাম্লবোয পোক্চমন্বু মাঙলনী।
শ্যামনী কুচু অবঙবা মখোয বঙদ তোক্নী॥
য়েংভু ভাইহাক্ নৈতনা য়েংল য়েংল ফজবক্।
য়েংনীঙবনা নুংঙাইনা য়েংগে হায়নী কযাবক্॥

(৭৩)

শ্জেন্বব্ চৎকেবা নন্দলালা নহাক্পু।
শঙ্গোম্ ননী চাববো কৌবে নচিন্নাওবু॥
চৎলম্দায়গী মতম্দা জগোই শাথেক্ থেক্লম্মু।
নীলমনি-কান্তি-ভম্ শক্ফম্ অদু উৎলম্মু॥
ইমা পেম্না য়েংহৌগে শাজ্ঞৈ পাযবা জগোযদো।
ননী মাখন পীথোক্কে হোবেন্ হাওনা চাকদো॥
শন্নাও শন্বী হোইবদা নয়াম্বগা থাননু।

সখাশি-না কোয়শল্ল যমায় থংলা চংমিন্নৌ।।
শন্‌শোন্নীতে মতম্‌দা ইমা রানা খাঙউীদো।
শন্‌গাবক্‌পা কাল্‌দুদা ইমা মিংন্‌ হুন্নিদো।।

(৭৪)

সংগাই্‌থক্তা কাজব রাধা ওইক্তে মবু-ঙো।
তান্‌জা অদুমক্তদা লাক্‌য়ি কৃষ্ণ মবু-ঙো।।
মীংচাননা যেংনজে উনসিগী ইঙ্গিংনী।
সূর্যপূজা হায়জিল্ল চংকে নীঙবী রাধানী।।
যে-বমখৈ যেংলগা উবক্রবা মতম্‌দা।
কুম্‌থজব ইবেম্মা পূজা পোংলম্‌ লাঙখিদা।
যোগমাযা বুড়ীমায় থাজল্লম্লী মনেম্‌দা।
মনেম্‌ য়াথ- পীবম্মী চংনু হায়না পূজাদা।।
থীল্‌মল্লেবু হায়দুনা কুণ্ডলতা লাক্লুনা।
রাধা শেম্‌জ শাহন্নী যাত্রা তৌযি হবাওনা।।

(৭৫)

কুণ্ডলতা লাক্‌চবে কৃষ্ণমপাও পুদুনা।
উদবনা রাধাবু কৃষ্ণ রাম্ভে হায়খিনা।।
লৈপাক্‌থক্তা লৈওল্লে বাঁশী চূড়া চাইখোক্লে।
রাধা রাধা শোন্দুনা থরাই থাগে হায়বক্লে।।
নঙগী কুণ্ড অদুবু নথাকোন্নী চৌখবে।
কুণ্ডনু-দা চো-থবা নঙনা কোন্নী নীংখবে।।
রাধা নহাক্‌ নঙনা খাশ্লিনবা লৈতেদো।
চংসি থুবো ইবেম্মা কনবা নংত্রা যে-সিদো।।

(৭৬)

সখী চৎসি চৎলুসি কৃষ্ণ থিবা চৎলুসি।
রাধাকুণ্ড মপান্দা নৈত্রা হায়না থিকসি॥
নুপীহাৎপা কৃষ্ণনী খঙদে ঐবু হাৎকেবা।
নৈফম্ খঙদে ঐহাক্সু মহাক্ উবা ফংদবা॥
থরাই মঙা মনাক্তা চৎথোক্খবে ঐবু থা।
হক্চাঙ পোলাঙ নৈহৌবে থরাই মত্তা পুন্না থা॥
লম্পট মকোক্ মহাক্নী পণ্ডবনদি ঐহাক্না
ঐগীদবোই ওইনদি নৈবি হায়না খল্লিনা॥

(৭৭)

হন্দক্ মপোক্সিমদি বিধি মানা তম্দবে।
ঐগী ওইনা ফংজবা কৃষ্ণ হাযদো ওইদবে॥
হযেংমুক্কী মপোক্তা কৃষ্ণ নঙবু ফংজগে।
বিধি মানা তম্সনু মঙোন্দবু খুকম্গে॥
নুংশি লক্তা অথোইবা কৃষ্ণ মহাক্তনীদো।
নুপা অমা য়েংজবোই ইমুং অনী শুনিদো॥

(৭৮)

রাধা নঙনা যৌবাংগুম্ যৌবাংজগে কৃষ্ণবু।
রাধা ননাই ওইহল্লু কৃষ্ণ মাবু নীঙহল্লু॥
ঐগী হায়বা কনাগা থম্মোই কৃষ্ণ নত্তনা।
কৃষ্ণকৃপা নত্তনা নীঙবা থুংলোই হায়নৈনা॥
কৃষ্ণকৃপা ফংগনী, রাধা মানা চাল্লগা।
হায়নবিবা ব্রাফম্সে কাওবোয চুম্মী হায়বগা॥

(৭৯)

ঋতু নিংথৌ কৌবদি কবি মবম্ লৈবগে।
বসন্তবু থাজংপা মতৌ কবম্ তৌবগে।।
তাজৈ বাস শান্নজৈ রাধা-কৃষ্ণ অনীনা।
পীচকারী আবির কাপ্লে তৈনৈ হৰাওনা।।
অদুগীবা বসন্ত ঋতুরাজ কৌবদি।
অদুগীবা মদন্না হৰাও-মথোই কাবদি।।
লাকউ লাকউ বসন্ত তবাম্ তবাম্ কৌজরি।
হনু-নহা পৃথ্বনা নঙবুত্বু ওক্চরি।।

(৮০)

ঙসি হোলি খেলানী লাওনে ঐখোয শান্নসি।
রাধা কৃষ্ণ হোলিখেল্ নীঙশীঙ নীঙশীঙ শান্নসি।।
পিচকারি থন্ন হাল্ কাপ্লবসি হৰাওনা।
ফাগু খুবাম্ থন্না পাম তৈনবসি নুংশিনা।।
আবিরনা পৃঙঙাঙ ঙাঙ ঙাঙমিন্নসি লোয়নমক্।
রাধা কৃষ্ণ নীঙশীঙল শাওননুসি পূন্নমক্।।
লৈত লাযব কাউথোক্সি অচৌ পিশক্ খায়নুসি।
রাধা-কৃষ্ণ-মনাই ওই চপ্পু মান্নে হায়নসি।।
মহৈ মহৈ তেঙবাঙনা কৃষ্ণ নীঙসি রাধাগুম্।
কৃষ্ণ নত্ত অতৈমা লৈতে খন্সি রাধাগুম্।।

(৮১)

নন্দ নিংথৌ-মপাবি নঙগী লাংসি কল্লীদা।
ইয়ুম্ ইকৈ কাউহল্লী নীঙহল্লীদো নঙবুতা।।

ফন্নে চৎলে কৃষ্ণ শোন্ অতৈ-অমা কাউথোক্মি।
তৃন্ফম্ চাফম্ খঙঙম্দে নহাক্তব মীঙশীঙঙী।।
নঙবু উননবগী ওইদ কয়া ঙাঙঙীদো।
নত্র-শাজৎ কযা তৌ অফ শাজন্নজৈদো।।
নঙবু ফ-ননবগী ঙম্দববু লৈতেদো।
ইকাই ইকি থাদোক্ল কলঙ কোক্থোঙ্ নাজৈদো।

(৮২)

বৃষভানু মমোম্নোই বাধা কৌবী শক্হেন্বী।
নঙগী হ্লাবন্ নত্তনা লৈবা ঙম্দে নু-শিবী।।
নু-শিবগী গুকনী নঙদি ঐগী ওজানী।
নহাক্ লৈবম্দ্রবদি প্রেমদি কবম্ খঙগনী।।
প্রেমগী গুক নহাক্পু কাউবা ঙম্দে মীৎকূপ মা।

(৮৩)

হে বাধিকে অপঙবী নু-শি লা-দা ফাগ্রেদো।
যোম্লিং-পোলা- চল্লেদো কবম্ তৌনী হৌজিক্তো।।
কৃষ্ণ বিচাব নাইদেদো মপু পাম্নী খঙদেদো।
ইকাই শেঙ্গোই হাঙলনী নযুম্ লি-বা যাবোইদো।।
মচি মচি ভাঙননী বাধা ঙাওবে হাযননী।
শাগৈ-মায়দা কালি তৈ বাধা ওক্তে হায়বনী।।
কৃষ্ণ মাগীদমক্তা খাঙগে মীরা পূম্নমক্।
মাগীদমক্ ওইসনু যেক্লবদি লোইনমক্।।

(৮৪)

কয়া কুইবে ঙাইবিবা নঙগী কুণ্ড মপান্দা ।
নঙগীদমক্ ৱাবদি চা৲দম্নঙাই লৈতেদা ॥
কবম্ তৌনী ইবু৲ঙো মীপোৎ কবি হূনীঙম্ভী ।
ৱাইশংজবী কয়ানো নঙগীদমক্ ওইনীঙম্ভী ॥
মখোয়দুগী মবক্তা অপান্বদি খল্লুনা ।
অসূক্ মান্না ৱাবদি কদৌভৈসু ৱাবোইনা ॥
বাধে ঐবু লঙননু নপ্তুণ নাপল্ তৌজনু ।
ঐনা নীঙজৈ মতাংগুম্ পঙফন্ ফন্বা হৈননু ॥
ঐদি নাপল্ কাজদে ননাই বিধি ৱাবাক্উ ।
আমান্ শাগে শুম্হৎলু ঐগী লম্বেন্ শে৲হন্নু ।

(৮৫)

পূক্নীঙ শেপ্তে বাধাদি কৃষ্ণ নঙনা শেন্ননী ।
চন্দ্রাবলী কুঞ্জদা কদৌ চৎলুই হায়বনী ॥
নু৲ঙাইনবু লেল্লিনী বাধা মাবু কাউবগা ।
কবি নীঙশীঙলক্লুনা লাক্লী চন্দ্রা কাউবগা ॥
নশাগীদা ওইজ থি কাউজন্থীবা নহাক্লী ।
ঙসিদমক্ খঙনৈদো ওইজথিবা নহাক্লী ॥
হন্দক্মুক্তি থোক্ৎবে মতু৲দদি তোক্কনী ।
নঙগীনীবু হায়বগা পুঙতোক্পুদি তোক্কনী ॥

(৮৬)

বাঁশী ঐগী মাঙখবে গোপী নখোয় লৌবন্নী ।
পীবো ঐগী বাঁশীদো বাধা কৌগে থম্বনী ॥

নভগী বাক্‌ বাঁশীদো কবিবুদি তৌগনী ।
মৈচম্ ওইবা য়াগদ্রা অতৈ কবি য়াগনী ।।
বাঁশী মাবু হূবগা কবি তোং জগদৌরি ।
মমল্ য়াম্না পোংফাওবা ঐখোয় কৈছু পাম্‌দবি ।।
বাঁশী শীয়ু ঐহাক্কী ননাই ওইগে ব্রাশক্লি ।
মপোক্ মপোক্ খুদিঙদা লমন্ তোন্‌গে হায়জবি ।।

(৮৭)

মায়াজাংগী অপাম্বা ফংদ্রে হায়না শাউগন্ ।
মফ-ফত্ত শক্‌খঙলোই শাউববদি কাউগনু ।।
নবন্-নথুম্ অবঙবা কুইনা লংলোই খঙজিল্লু ।
লশ্মৈ-থাংমৈ ঙান্‌বগুম্ ঙান্‌জ-শানী উশিল্লু ।।
নবন্ অশেংবদুদি কৃষ্ণ নায়া লোইবনী ।
নবন্ অতৈ-অমতা লৈতে হায়নবিবনী ।।
মতম্ পূম্বা শোম্পুনা কৃষ্ণ কোলোই কাউগনু ।
অকি অখণ্ড অপূম্বা চৈন্নী লাপ্পা কাউগনু ।।

(৮৮)

বাধা হায়না বাঁশী নভ মযেক্ শেংনা খোঙ্ছোক্‌উ ।
নখোন্ অদু তাবগা হেক্তা বাধা লাক্‌সনু ।।
মযুম্ পাল্লে কাউথোক্ল ঐগী নাক্তা মৌসনু ।
মীব্রা মীচৈ কিদখৈ ঐগী মাঙদা লেপ্‌সনু ।।
শাস্ত্র বিধি কাউসনু কৃষ্ণগীনী হায়সনু ।
খোংগে বাঁশী নহাক্‌পু বাধা মানা তপ্সনু ।।

বাশী নঙগী লমন্দি কৃষ্ণ ঐনা শিংঙল্লোই ।
মপোক্ মপোক্ খুদিঙদা লমন্ শিংবা ঙল্লবোই ॥
বাধা হায়বা খোঙ্খোক্লা লমন্ শিংবা শক্চবো ।
বাধা মশক্ উবনা মহৈ যাল্লে খন্জবো ॥

(৮৯)

খোঙলে বাশী কৃষ্ণনা বাধা বাধা হায়দুনা ।
পৃক্লীঙ খোযবা‚জবিবা কৃষ্ণ মানা খঙদেনা ॥
কবম্ খাঙক্ত হাযবিবা মঙাও খীনা ঙাওবিবা ।
বেদ লেংবা মহাক্লা বেদ শাজৎ থুগাযবা ॥
মনীঙ তম্বা মহাক্লী তৌগে হায়দা মঙম্বা ।
মথক্ মখা ওম্লনা ঐখোয়বুদা ঙাওহন্বা ॥
নীঙতম্ পাযেল্ অথৌবা ননীঙ তম্বা চৎচৌদা ।
নতু‚ ইন্বা ঙম্লগা শোযদনবু ইন্গেদা ॥

(৯০)

দেহ আত্মা অনীবু অমতনী খল্লিদো ।
দেহগীদা নু‚ঙাইবা খল্ল থিব লৈবিদো ॥
আত্মা ঐনী কাউথোক্ল দেহ-লৈতে‚ থিবিদো ।
আত্মাগীদি অকাবম্ থিনী হায়বা কাউবিদো ॥
কবম্ কান্দা ওইগনী আত্মা মশক্ খঙবদি ।
আত্মা কৃষ্ণ মবী থি ওইনী কৃষ্ণ খঙবদি ॥
হৌষ্রে নো‚মা নোংমদি তৌদ্রে ইথৌ হায়দুদি ।
কবি ওইনা পোক্লনী খঙদ্রেদকো ঐহাক্তি ॥

(৯১)

মিংচৎ ঘীনী কিজেদো চবা হেন্নী কিজেদো ।
কৃষ্ণ শোন্দে হায়বগী অকিবদি পোক্তেদো ॥
তোম্নিদকো ইপুঙ্গি অসুম্ তোম্না লোইবদ্রা ।
সাধুসঙ্গ খিদবে অসুম্ পঙনা লোইবদ্রা ॥
কৃষ্ণ খুয়া ঙাঙ্ঙ্খাবা মপা লৈত ফজবা ।
কদৌঙৈবু ওইগনী ঐগী পুক্রীঙ হূজবা ॥
খুয়া উফুল্ ওইদুনা হযেংমুক্তী মপোক্তা ।
চবণ সেবা ফংজবা ওইবগদ্রা লাইবক্তা ॥

(৯২)

মীওই মপোক্ নুংঙাইতে কবি তৌনা হায়বগে ।
লৈত লাইব অনায়েক্ তৌয়ি কদৌ শোন্বগে ॥
নবন্ লৈতে হাকনু লম্নেতবা ঙাক্তনী
মখোয়গীবু খৌদাংদি কৃষ্ণ শোন্বা হায়দুনী ॥
দিবা নিশি কৃষ্ণ শোন্ অতৈ লোয়না কাউদৌনী ।
মহাক্ নত্র নবন্দি অতৈ অমা লৈতনী ॥
মীবল্ উব কলক্রা পাম্মুগনু অমতা ।
কৃষ্ণ শোন্বা ঙম্নবা পোক্পনীকো কাউগনু ॥

(৯৩)

লাইবক্ ফবা মবম্না মীওইনবু পোক্পনী ।
মাঙহন্গনু লাইবক্নে মায়া তাঙনা পোক্পনী ॥
মীওই মপোক্ নংত্রদি ওইবোহি মপোক্ অতৈদা ।

হৰি মাবু নীঙদুনা চৎপা কৃষ্ণধামদুদা ॥
কৌবি জীব পুম্নবু বাশী খোংল কৃষ্ণনা ।
নাকোঙ শেংনা থম্মুকো চঙননবা মখোন্না ॥
কলক্ যেংথী থম্গনু কৃষ্ণ মনাই ঙাক্তনী ।
মনাই মশেল্ তিন্নব কৃষ্ণ সেবা তৌদৌনী ॥
ঐগী মীগী খায়ষ্কদে কৃষ্ণ পেল্হন্নবদা ।
অমত্তনী ঐখোয় পুম্ কৃষ্ণ সেবা তৌবদা ॥

(১৪)

সংসাৰ ইৰাঙ লম্বীদা যাওকগনু লম্জেন্বা ।
অখোই অহেন্ ৱাখল্দা তেংগনীকো কোক্টীক্পা ॥
ইবাং অসি থৈদোক্পা নৈবি মহৎ কয়াদি ।
পুন্সি লম্বী খঙনবা নৈযু মখোই নাক্তদি ।
হৰিভক্তি চৎনলোন্ মখোযদগী খঙগনী ॥
সংসাৰ ইবাঙ্ তোক্নুনা হৰি সেবা ইবাঙদা ।
তাউৰ ফংনী নুংঙাইবা মপোক্ মহৈ মান্নীদা ॥

(১৫)

গোপী ঐখোয় হিংনিসে কৃষ্ণ প্ৰেম্না হিংবনী ।
চৎত্ৰে মাদি মথুপুৰ ঐখোয় কৰম্ হিংগনী ॥
ইয়ুম্ ইকৈ অমতা ঊযুম্ ইকৈ ওইদবে ।
কৃষ্ণনবু নৈত্ৰবা লম্দি পুঙহাঙ হাংখবে ॥
ব্ৰজ থাজ মহাক্ৰা মথুৰাদা থোক্খবে ।
কুবুজাগী মায়খোঙ য়েং গোপীশিংবু কাউখবে ॥

কদৌঙৈমুক্ থোক্লনী ব্রজ-থাজ ব্রজদা ।
গণক কনা হায়ডগ্নী ব্রজ-নুজা ঐথোয়দা ॥

(৯৬)

শঙ্গোম্ কৈখেল্ কাকসি ননী মাখন য়োল্লুসি ।
ননী মাখন পামজবা কৃষ্ণ মাবু উনসি ॥
মানা হিনাও শাবগা যমুনাবু লান্‌বিনী ।
তাইবং ঈথক্ ইপোম্না মাগী হিবু কিগনী ॥
যমুনানা হরাওনা ইচেল্ তপ্রা চেন্‌জনী ।
কৃষ্ণ বুযা ফংবদা হবাওবদু উগনী ॥
কৃষ্ণ মাগীদমক্লী ননী মাখন শুংবদি ।
শোয়বোয় মানা লৌবিনী মাগা উনবগদি ॥

(৯৭)

ভাইবি ঐহাক্ তোর্ব্বান্দা গোপীশিংবু হিবান্‌গে ।
ননী মাখন হিবাম্মল্ পুক্‌পু থন্না চাথোক্কে ॥
নখোয়গীবু প্রেমদুনা পুন্নে ঐগী পুন্সিসে ।
প্রেমগী থৌবি অচেৎপা ঐবু চেৎনা পুল্লোসে ।
নখোই তুমা তুমা ফম্ তোংগদৌনী হিসিদা ।
বাধা ইনাক্ ফগ্লোনাও ঐগা তুমা শাসিদা ॥
প্রেমগী হিবেন্ হিজাও তোং উৎসি জীব থৃদিঙদা ।
প্রেমতনা উপায় ওই লান্নী তাইবং ইবেন্দা ॥

(৯৮)

উদ্রবদা কৃষ্ণবু মশম্-মনা ইফা-ফাই ।
কপ্লতনা পাঙল্ ওই ভাওভী লৈয়েং ইফাই ফাই ॥

[৬২]

বৃন্দা সখী পাউখোন্ শী মথুরাদা চৎলু হায় ।
যৌব বৃন্দা মথুরা হংজৈ মফম্ তাক্উ হায় ।।
চঙল উকই কৃষ্ণবু সিংহাসন্দা ফম্লম্বা ।
ওক্চৈ রাজদণ্ড উ শন্জেন্-শাজৈ যাওদবা ।।
সিদি নত্তে রাধানাথ মথুরাগী নিংথৌবা ।
রাধা মিংলেন্ তাবদা লৈওন্জখি ওম্বুবা ।।
সখী মখোঙ কোল্লগা রাধা মশাও নিজখি ।
মমল্ যাশ্মী রাধাদি লায়না ফংলোই পাউখুম্খি ।।

(৯৯)

চৎলু খোঙথাঙ থুনা থাঙ কৃষ্ণ থরাই থাদ্রিঙৈ ।
থুংলুনবা চৎলসি উনহৌসি হিংদ্রিঙৈ ।।
রাধা রাধা কৌদুনা কপ্চরম্মী কয়াদা ।
অদুদগী খঙহৌদে ওম্থোইজখি লৈমায়দা ।।
সখা ময়াম্ চঙদুনা অনা লাইকল্লহৌরি ।
ঐবু চৎলু হায়দুনা ননাক্ যৌনা চেল্লক্রি ।।
চৎসি লাক্লো ইতাখোয় কৃষ্ণ থরাই কল্লুসি ।
থীজুবনু ইবেম্মা থুনা চৎল যৌকসি ।।

(১০০)

কৃষ্ণ মানা লৈবিঙৈ নুংঙাই-ইশাক্ চাউইদে ।
চৎখিবনা মথুরা ঈশাক্-লাইজ কণ্ডলেদো ।।
নুংশা-সোব মপীনা নুংশীৎ নোংলৈ হম্ওস্রে ।
ইশাওসি অম্বরা কনা লৈবি লাক্রোনে ।।

ঐবু নুংশিরমখিদ্রা কুবুজানা শুম্হৎল ।
নিংথৌ-নাপল্ লোয়ননা সিংহাসন্দা কাজব ॥
রাধানাথ হায়বম্না কাউবম্দুনা লৈবগী ।
কবি হায়না তস্নুনী কম্দৌবগা নীঙশীঙনী ॥

(১০১)

কাউদে ব্রজ লম্দমদো শঙ্গোম্ নমী হুবান্ফম্ ।
কদম্ পোক্পী যমুনা রাধাগী শাগ্রফম্ ॥
কবম্ তৌবি গোপীশিং শঙ্গোম্ পোৎফম্-ফম্নীশিং ।
পিতা নন্দ কম্দৌবি রাম কৃষ্ণ নীঙবীশিং ॥
শনজেনবুঙগী শজিক্ চা শন্বী শম্নাও থিবিজো ।
বেণু খোনজেন্ তাবদা চেন্শম্নিক্পা মখোয়দো ॥
কবম কাউনী বৃন্দাও তম্মো লাউনে মপাউদো ।
রাধা মপাউ তাবগা নুংঙাইগনী থম্লিদো ॥

(১০২)

কৃষ্ণ লৈত্রে হায়দুনা হৈপাল্ লৈপান্ লেপ্থবে ।
শন্বী শম্নাও কোন্দবে থক্লী চানী কাউথবে ॥
নন্দনিংথৌ যশোদা মমিৎ পাঙনা উদবে ।
মনা তানা তাদবে মীশক্ উনা খঙদবে ॥
অসুম্ থোক্লী খঙলদি থবাই থাজবম্দৌবা ।
থবাই থাবা ফত্তেদা কৃষ্ণ কাউব তোক্লিবা ॥
কৃষ্ণ কাউদৌ শক্তি থবাই য়ানা হিংবা কৈ ।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৌদুনা কপ্চবনা হেম্রা থৈ ॥

(১০৩)

লাক্লো চৎসি ব্রজদা ব্রজবাসী থেম্জন্সী ।
নন্দ রাজা যশোদা অনীমক্পু নোক্হন্সী ॥
মীৎলূ পিবাং শিন্থবা গঙ্গা ইচেন্থুম্হৌবি ।
ইথু্ঙোনা থেম্ব্রাদি পিবাং শিন্থ লৈদৌবি ॥
নুংশিদবা মখোয়বু কাউবববা য়োক্খিবা ।
শঙ্গোম্ ননী শীজব জগোই শাহন্জখিবা ॥
মীগী শঙ্গোম্ হূবাল্লু মচা হাক্তন্ চঙখিবা ।
চৈবাক্কেসূ হায়দুনা উদুখোলদা পুন্খিবা ॥
নি্থৌ ওইরে হায়দুনা কাউবববা মখোয়বু ।
নুংঙাইবগা কাউবগুম্ কাউবগেবা মখোয়বু ॥

(১০৪)

অঙাঙ ওইরৈ অয়োক্মল্ শিংবা কনা ঙম্বগে ।
হায়যু তাসি অদূক্ নঙ য়োক্মল্ শিংবা লৈবগে ॥
য়োম্বল্ তান্দে মমানা মপাসনূ তান্দেদো ।
নু্শিবগী থৌবিনা পুল্লী মখোয অনীদো ॥
পূক্চেল্-চাওবী যশোদা মাগী লমল্ শিংঙমদে ।
পূক্চেল্-চাওবা নন্দনী মাগী লমল্ শিংঙমদে ॥
তোল্লি কৃষ্ণ ঐঙাক্সে অযোক্মন্দি শিংদ্রেদো ।
ইমা ইপা খোঙ নোইব সেবা তৌবা ঙমদ্রেদো ॥
কনাদবু রাবীনী বৃন্দা নঙদি ঐগীনী ।
ঐগী মীদা লীদ্রদি কনানবু তাবিনী ॥

(১০৫)

নভনা হাৎখি পূতনা নুপী হাৎপা হালেভদে ।
হাৎখি কংস মাতুলসু মীহাৎপদা নাচুংদে ॥
হাৎকদৌবি হৌজিক্সু হন্‌বা লৈতে কৈনোদা ।
হন্দক্‌মুক্কী মীহাত্তি থীদৌবিদো খঙভুদা ॥
খুৎলাই পায়বোইদৌবিদো নশক্ লোৎল হাৎনীদা ।
তৌবা অসুম্ ভম্শন্নক নমিং লৈপাক্ ফাওনীদা ॥
কনা হাৎনী খঙববা নমা যশোদানীদো ।
বাধিকানা চিংলিবী ব্রজগোপীশিংনীদো ॥
নন্দ উপানন্দনী ব্রজবাসী পুম্বনী ।
লোইনা থব্রাই থাদৌবি, নঙগী মীহাৎ খঙননী ॥

(১০৬)

কনানোনে লমহেন্‌বা গোপী লম্বেন্ থৎলিবা ।
লাইজ্ঞ শোক্কে চৎপনী মতম্ থেঙখবনিবা ॥
য়ুম্‌দা হন্‌বা থেঙগনী চৈবম্‌গনী অহন্না ।
বাবাক্-বাতেম্ চঙদবা নুজা ঐখোয় নত্তেনা ॥
পাবঙ নহা ওইবগী হৌনশানী হায়বসু ।
করেম্মজৌ নহাশিং লৈবিবনী য়াম্নসু ॥
লৈশাবীদি ব্রাত্তেদো ব্রজ লম্‌দম্ অসিদা ।
কৃষ্ণ নোক্ক খুম্নক্মি গোপী নখোয়গুম্নদি ॥
নুংশিদেনে ঐহাক্‌পু লৈশাবীশিং কনাদি ॥

(১০৭)

বাধে ঙসি কাপ্রসি পিচ্কাবী মহীদি ।
মহী চক্ক চক্ক থন্ হৈগে ঐহাক্ ঙসিদি ॥
চেন্ননুসি বাধিকে ঙসি ফাগু লাক্লিদা ।
মাথকৈ মাথকৈ লেপ্লবে ফাগু লান্বু তৌসিদা ॥
ফাগু ব্না পূম্ভাঙ ভাঙ ভাঙমিন্নসি শক্ওন্না ।
অয়েং মীনা শক্থঙদা শিবসনু নোক্নুনা ॥
পাযবো হৌজিক্ বাধিকে পিচ্কাবী লৌখৎলো ।
বাধা কৃষ্ণ ভাওখবে হায়বা মীদো থোবক্লো ॥
য়েংজববো মীৎথীৎনা অনীগীবু প্রেমদাসে ।
থুকম্নবা থরাই কৎ বাধেশ্যামগী খুম্নাসে ॥

(১০৮)

ভাওসন্ননু ভাওগনু লম্হেন্বনী হায়খিনী ।
যুম্বান্নবী ভাক্তনী মপু-শান্বী ঐখোয়নী ॥
ভাওবিভৈদা নহাক্না উখ্রবদি কনানা ।
ইযুম্দসু চঙহন্দা ঐখোয় লৈনী কম্দৌনা ॥
লৈফম্ কবি য়াৎকনী নিধুবন্দা লৈয়ুনা ।
কান্তা বস চুপ্পুনা ঐগী নাত্তা লেল্লুনা ॥
নুংভাইবেদা তৌগন্না ঐখোয় নঙগুম্ তৌওম্দে ।
খম্মোইনুংদা চেৎনা থম্ ভন্মী নঙবু নীঙবদে ॥

(১০৯)

বাধে বাধে শোন্দুনা যোগী ওইনা চৎকেদো ।
যুম্খোঙ যুম্খোঙ চাক্লিব বাধে কৌব লেন্গেদো ॥

অয়ান্ কোম্বোও চগুলগা বাথে শোন্‌বা তাশনু ।
রাধে শোন্‌বা করিগী হায়নবুদি হংশনু ॥
মতম্‌দুদা খুম্‌দোক্কে বাথে হাযদি লাৎপনী ।
ঐনা নীঙবা লাইদুবু লাৎচৈ হায়না হায়বনী ॥

(১১০)

ওইনচাওবী ইবেম্মা তোক্কো হৌজিক্ ওইনবা ।
কায়গী হূবু কক্‌ঙম্বা ইকোক্ লৈতেং ওইদৌবা ॥
পৃক্‌চেল্ চাওবা নখোঙদু লৈতেংলবো ইকোক্তা ।
নখোঙ থম্বান্ কোক্‌থোঙ না চৎকে দেশ দেশদা ॥
বঙলসনু ময়াম্না রাধা-নীঙবা কৃষ্ণনী ।
কৃষ্ণ-নীঙবা রাধানী লোয়নমক্না হায়বনী ॥
থাবো নঙগী দুর্জ্জয়মান খাঙবা রাবে রাবেদা ।
নঙগীদমক্ হায়দুনা ঐনা তৌবি কয়াদা ॥

(১১১)

ললিতানা হায়বক্‌য়ি চন্দ্রাবলী কুঞ্জদা ।
অহিং লেক্লই কম্‌দৌনা পীবম্লগা আশাদা ॥
আশা কোল্ল লেন্‌জবি ঐখোয়গীদি ইবেম্মা ।
নশক্ উজববুদি আশাসিনা ফবেমা ॥
হন্‌বিথরো ইবুংঙো খুয়া উফুল্ পাম্মুদ্রা ।
চন্দ্রা মাগী মযুম্‌দা তাহল্লবা খাক্‌নীঙদ্রা ॥
চাংদম্লঙাই লৈতরে রাধাগীবু মানসিদি ।
মান-ভঞ্জন লাইব্রাদো তম্মু ওজা মনাক্তি ॥

ওজা মাইবা সুবলগা ব্রাতাগ্রক থুনমক্ ।
খোংশানবগে হায়বিনী য়ৌননবা হৌজিক্‌মক্ ।।

(১১২)

হাদা সখি বিশাখা হাদা সখি ললিতা ।
নখোয়নীনা নংত্রদি বাধা কবম্ থেম্লিদা ।।
মৈহৌদুনা শাওবদি চাইয়ো পৃক্‌থেম্-লাইজদো ।
ইংথদুনা থুনমক্ ঐবু কৌনী বাধাদো ।।
নংত্রবদি শিনী ঐ নখোয় কবম্ য়েংগেগে ।
নবেশ্মনা ইংথবক্ নখোয় কবি খুম্‌গেগে ।।
কৃষ্ণ ঐসে মাগীনী অতৈ কনা খঙদেদো ।
মহাক্তনা খঙবনী অদুক্ থেম্ল য়েংঙুচো ।।
ভয়বদি থেম্‌জনবা মনা পীগে শোয়বোয়কো
মপোক্ লাভওন্ বৃদিঙদা রাধাগীবু ওইঘুকো ।।

(১১৩)

বাধা-নাক্তা চংপগী লাক্চবনী ঐহাক্তি ।
লাইবক্ থীবা মবল্লা উনখিদো শৈব্যাদি ।।
মানা থংল কৌথোক্‌য়ি চন্দ্রাবলী মবেশ্মা ।
ফাবে ফাবে হায়দুনা চংপা যাদে মহাগ্রমা ।।
নাম্মোক্লবা হোংনজৈ মখোয় মযাম্ ওইখিদো ।
কোমশল্লগা থম্‌দোক্‌খি থোবক্‌পদি যাদেদো ।।
বল্লু ঐগী মতৌদু উপায় অমা উখিদে ।
লৈখি যানীগু যানীগুদা চন্দ্রাবলী মনাক্তে ।।

(১১৪)

লক্কা হায়গে হায়বিমু বাধা য়াথং নত্তনা ।
ঐখোয় কনা অমতা মনাক্ চত্তবা য়াদেনা ।।
য়াথং ফংবা মতম্দি কবম্ পুত্তফম্ ওইগনী ।
থেংত্রবদি নন্দনাক্ কবম্ য়োৌবা য়াগনী ।।
ঙসিসিদি মহল্লো নীঙবা কায়না কায়নদা ।
হোবেন্ অহিং লেংঙক্উ য়াগদবা য়েংগেদা ।।
ঐখোয়নবু কদৌনী বাধা য়াথং নংত্রদি ।
মনাই ওইবী ঐখোয়না কবি ঙম্রী তৌবদি ।।

(১১৫)

য়াধাঙম্বী নখোয়নী মনাইচান্বী মহাক্লী।
নখোয়নবু তৌবদা কবিগীদি ঙম্দনী।।
ঐঙোন্দমৃক্ তাংতৌবা থাদোক্লোনে সখীখোয়।
ঐনা কল্লা উবগা কপ্লোই নীঙত্রা বাধাখোয়।।
তৌনু তৌনু ইবেম্শা পায়ব হায়গে মখোঙদা।
খোঙদা তুবা ঐহাক্পু কাওখোক্কদ্রা হায়য়ুদা।।
বাধা-মনাই নখোয়গী চবণ পায়ব হায়জবি।
বাধা মাগীদমক্তা ঙম্নমখৈ তৌদৌবি।।

(১১৬)

হংলুখিগে ইবুংঙো মাবক্লদি খঙদেবো।
হল্লক্লগা হাপবৈদো 'ব্লাভাঙনবা য়াদেবো'।।
মতম্ অসী থেঙযবে ঐখোয় য়ুম্দা হল্লনী।

তৌকব্‌নু আশাদি বাধা অমুক্‌ তেথনী ॥
নোংঙাম্নক্রে ইবুংঙো ঙাম্নবগী নম্বুম্‌দা।
কদায় চংলুই হংলদি করি হায়না খুম্নিদা ॥
ঙায়প্পু নোংমা নীনীদং ঐখোয় থেম্‌জল্লম্‌থিগে।
অমূক্‌ উন্নখিসিকো শাউবা তোক্নো হায়বম্‌গে ॥

(১১৭)

অমুক্তদি পুশল্লু বাধা মাগী মনাক্তা।
ইশক্‌ উব মহাক্রা তেথববা ম্লেংশিদা ॥
নখোয়নবু থংপনা ঐনা চঙবা ঙম্‌দেদো।
লম্মেল ফাংলু অচান্‌বী মাগী নাক্তা চঙগেদো ॥
তক্‌সন্‌বনা খাঙঙম্‌দে ফাংখি লম্মেল্‌ সখীশিং।
কৃষ্ণ চঙষ্টী তম্নদা হায়খি থুম্বা ঝাহৈশিং ॥
উনীঙবনা লোইবগী বাধা মাথবুম্‌ লৌথোক্‌খি।
শিবাং শিন্থ শিম্লনা ঙাক্‌উ ঐবু হায়বক্‌ম্নি ॥

(১১৮)

কৃষ্ণ তুজুং হবাওজৈ বাধে বাধে কৌজবে।
বাধা কৃষ্ণ উনবে নুংঙাইবনা লোইখবে ॥
তাউবে নুংঙাই-ইপাক্তা সখীশিংসু হবাওবে।
অনীগীবু মায়থোঙম্লেং হবাও মথোই কানবে ॥
অসীগুম্না পুঙফম্বু ঙাইজবগী মখোয়নী।
সেবা পোংলম্‌ লাঙজখি ম্লেংখি বাধাঠৌবানী ॥
মবুংঙোগী পেন্নবা থৌগল্লগী মখোয়না।
নুংঙাইবনা লুতোন্‌ কা ময়ুম্‌ হবাও হন্‌খিনা ॥

(১১৯)

যমুনাগী হিহোন্‌বা তাইবঙ ইবেন্‌ লান্‌বিমু।
য়ুম্‌দা চৈবা তোক্‌হল্লো ননাক্তবু থম্বীযু।।
*বেদ-শাস্ত্র থাদোক্কে নহাক্‌পুদা ফ৲নবা।*
ইপুবোয়বা ছন্দোক্কে নখুয়াবু লাৎনবা।।
গোপী ওক্তে হায়সনু নৈপাক্‌ সাবা শন্নদা।
কৃষ্ণ প্রেমদা লৃপ্লগা ওক্তবীবু ওইগেদা।।
কিদে কনা অমতা ইকাইবিদে কনাসু।
নঙগীদবু ওইবদি কিবিদেদা কনাসু।।

(১২০)

নু৲শি-মৈচাক্‌ কাউভমদে কানু-প্রেমসে কল্লিদা।
কদৌদুনা নু৲শিকই নৈবা ঙম্‌দে ইয়ুম্‌দা।।
মনাক্তদা চৎনীঙ্ঙী মাযথোঙদুদা উনীঙ্ঙী।
নোক্লক্‌পদা উখিবা যাতা-পবে৲ য়ে৲নীঙ্ঙী।।
নুপী হায়বা ঐথোযসে নী৲তমজবা ঙম্‌দেদো।
নুপাগুম্না থৌনা ফ কযা নু৲ঙাইগনিদো।।
মৈচাক্‌ নেম্নী কবম্না কনা শব্দক্‌ যাবিনী।
ইথত্তনী চাক্‌তৌবা খাঙঙম্‌দথৈ চাক্তনী।।
চাক্তবসু অদুঙাই তৌজমনবু ফংবনী।
কনানসু ইন্‌শন্দে ইথত্তগী কম্মনী।।

(১২১)

গৌব নিতাই অনীনা খতু ইবা৲ তৌবক্রে।
বসন্তনা লাক্‌পদা ফাগুখেলা হৌবক্রে।।

গৌবভক্তশিংদুনা আবিবনু চাইনবে।
গৌব-নিতাই অনীদা আবিব থুবাম্ চাইশল্লে॥
নীঙ-নীঙ নীঙশীঙ শানবে অদুদৈগী ফাগুখেল।
হৈনবশ্মী ভক্তশিং ফাগু-ইবাং মহীবেন্॥
থৃপ্লেন্ থৃম্না গৌবভাব লোংঙমখিদ্রে ইবাঙদা।
গঙ্গাধাবা চেন্বগুম্ প্রেমগী ধাবা চেন্খিদা॥

(১২২)

যাওশঙ কৃষ্ণ চাউবনী পৈশা চঙবা ইবাঙনী।
অঙাঙ অহল্ শৃপ্লদি হবাওনঙাই থৌদৌনী॥
হৎ ওবদা থৃম্বনা পাম্মু-থাক্লম্ কাউনৈদো।
অবৈ অবৈ পৃথোক্ল শানৈ থবক লেপ্রদো॥
বানা শৃব তাল্লুবা লম্ভী হাযনা থন্নদে।
অবৈবনা শেন্তিংনৈ অযাম্বনা নীক্রদে॥
হবি হবি শোম্দুনা অব্বা অ া কাওনজৈ।
ইবাঙনবু কন্বনা নাইব-অন, কাউনজৈ॥
ফাগুবেলগী মযাইদি খোজৈ ঙমদে পাউদম্বা।
মযাই কাবা কাবীনা ঙমদ্রা চৈঙাক্ পাদম্বা॥

(১২৩)

থব্রাই ওইবা ইবু,ঙো নখোঙ পাযব হায়জবি।
কাযন-মৈচাক্ থাঙমদ্দে চান্শিনবা হঙ্গংলি॥
ঙাঙনৈ বাধা ওক্তবী নঙ,লা,গী শাউনীঙদে।
থোইনা হেন্না হবাওযি নঙগী মনাই ওইনদে॥

মীরা ঙাঙবা মখোয়দো নঙগী কথা ঙাঙলেদো।
কৃষ্ণ হায়না শোন্‌বগী লাম্ন খুভ ম্‌ ফংজৈদো॥
কাযন মৈচাক্‌ মংথংল নিতি সেবা ফংহল্লু।
অহিং নুংথিল্‌ কুঞ্জদা সেবা দর্শন ফংহল্লু॥

(১২৪)

বাধে ঐগী ইবেম্মা খঙ্‌ভী অনী নীঙনবা।
নহাক্লসু হেন্দেদো ঐহাক্লসু ৱাত্তেবা॥
নুংশি-চাংদম্নবগ অখঙবনা হাযগনী।
অমদগী অমনা ৱাংগী কবম্‌ হায়কনী॥
মখোয়' ৱাদি তোক্‌থিসি ঐগা নঙগা খন্নসি।
ব্রজ লমদম্‌ অসিদা কয়া শুগে নঙ ঐসি॥
থিব ' ফংলোই্‌ খঙ্‌ভুকো নঙগী ঐগী প্রেমসি।
নহাক্‌ খঙ্‌ভী প্রেমসি ঐসু খঙ্‌ভী প্রেমসি॥

(১২৫)

বাধে নঙনা অহিংদা নুংজেংলক্তা খোঙদাব।
যৌবল্লিবা অসিদা অমন্নসী কাউবব॥
অউবদি কনানা তৌবা ঙগী হাযজনী।
মীরা মৈশা লাংবদি কবম্নবু খাঙগনী॥
আয়ন মাবু কবম্না মগ্র শোল্ল শুন্নমী।
ননেম্‌ নচন্‌ অনীবু কবি হায়বা থনম্মী॥
ঐহাক্‌ অসি নঙগীবা নহাক্‌ অসি ঐগীবা।
মযাম্‌ পুন্নমক্লবু ঙাঙজে কবি হায়নবা॥

(১২৬)

নত্তু্লা্গী খোবক্যি কবি ব্রানো হায়রিদো।
ঐবু তৌবঙ্গীনী হায়জববু শাবিদো॥
তৌবঙম্বা হায়দুদি ইবু্ঙোগী বাঁশীনে।
লাম্বীনবু পাযজবা থুংলাইগুম্বা বাঁশীনে॥
বাঁশী মানা খো্বদা নুজা থম্মোই শিজ্জেদো।
অশিবগী থম্মোইদো ননাক্তবু চিঙ্ভীদো॥
তেক্খং হল্ল থম্মোইসে হি্গংহল্লে থব্রাইসে।
তৌবো তৌগে হায়বদা নঙগী ওইবে ঐহাক্সে॥
ইনেম্ ইচন্ কিবিদে আযান-শাগৈ পাম্জদে।
পাম্জবদি ঐহাক্রা নঙগী চবণ অনীদে॥

(১২৭)

লক্ষা শি্ত্রদুনসু নুজা পাঙ্গল্ শোন্বীনী।
অদুগীসু মথক্তা মৌগী শীঙদা চন্বীনী॥
নঙগীদমক্ ঙাওবনা অহি্ নু্থিল্ শক্থঙদে।
মতম্ লৈবা খিবিক্তা তোক্তে নঙবু থন্বদে॥
নঙবু কবম্ শাবক্পা বিধি মানা বল্লগা।
ঐগী থম্মোই লা্থাক্তা হৈননবা শেম্লগা॥
মবোল্ অহম্ অসিদা লৈবম্গদ্রা নঙগুম্বা।
থব্রাই মঙা কংলগা বাধা ঐনা নীঙজবা॥

(১২৮)

হাদা বাধে নীঙথীবী পূর্ণিমাবু ঙম্জবী।
কবি হাযনী নঙঙোন্দা ঐহাক্তবু নীঙজবী।

নওগী লমন্ শিংঙমদে শিংগে লাংঙোন্ অমদা ।
বিথি মানা চান্নদি লমন্ শিংবা ঙন্নিদা ॥
অয়ান্ শাগৈ মৌ ওইব ঐগীদমক্ হিংবদি ।
কবম্ কাউনী হায়যুদা কালা কৃষ্ণ ঐহাক্তি ॥
নহাক্নবু থাজ ওই ঙান্নক্পদি থাবন্দা ।
কান্না ঐবু উগনী মুনা মুনা ঙান্নদা ॥

(১২৯)

কৃষ্ণ থম্সি মন্জনা তাওনে নর্ম্ম সখীশা ।
নবুংঙোদু লেঙলক্কাঞ্জ ওইশন্নক্লে ইতাশা ॥
চমোৎ চমোৎ থন্নদি ইবুংঙোনা হৈনবোই ।
চঙবিবক্উ মাম্রদি থৌগন্জবা ফংহৌবোই ॥
থবাই মাওনা শেম্শিসে মাগী পোম্নবদি ।
মহাক্না শেন্বনা ওইয়ে খঙ্ভু ইথৌদি ॥
বাধা মাকা তাদুনা কৃষ্ণ নাম্লোক্ শেঙদোক্চৈ ।
থবক্ তৌনা কৃষ্ণনীঙ কৃষ্ণ কৃষ্ণ মশোন্জৈ ॥

(১৩০)

বাঁশী খোঙল লেঙলক্লী নন্দ-নিংথৌ-মপাবি ।
কৃষ্ণ তান্না য়ৌবক্য়ি বাধা তবাম্ ওক্চবি ॥
ঙাইজবন্না কুইহেদো লেঙলক্লবোই খল্লুবে ।
চান্বিহৈবা ওইবনা নুংশি-মায়খোঙ উহল্লে ॥
সেবা পান্না তাক্পিবো তৌননবা হোৎনগে ।
ঐখোয় ময়াম্ চঙদুনা পেলহন্ ঙন্না মযেঙগে ॥

লেঙশঙ্গসি কৃষ্ণনুং পোখাবিবো নুংঙাইনা ।
সেবা হৈবা হৈত্তবা সেবা তৌজবগেনা ॥
(১৩১)
ঙসি বাখে নুংশিবী কবি হায়নী নঙোন্দা ।
ইমাবেম্মা যশোদা হন্দেক্লেগা আক্লিদা ॥
অহিং মীৎকপ্ খোক্লুনা থিবক্লদি কম্‌দৌবা ।
মদু পুম্না কাউথোক্ল ননাক্ য়ৌনীঙ য়ৌবক্পা ॥
খঙদে বাখে নহাক্পু কবি মন্ত্র হৈবনো ।
নহাক্ নত্ত কনামা হায়য়ু তাগে লৈবনো ॥
মবোন্ অহৎ থিকগে ঐবু নীঙবা অনীদি ।
শুবোই শুবোই থিবদা নহাক্লবু ফংবদি ॥
(১৩২)
বৃন্দাবন্না বসময ওইজবগী মবম্দি ।
বাখে নহাক্ খঙববা তাগে হায়য়ু অমুক্তি ॥
ঐহাক্ হায়য়ু হায়বগা হায়গে তাওনে খোয়দানা ।
নঙগী প্রেম-রস-না থন্বা লমদম্ ওইবনা ॥
হায়বিবনী বসমথ, মবম্ অতৈ লৈত্তেদা ।
নঙনা ঐবু নু্শিবা নহাক্তা খঙত্তীদা ॥
খঙদে ঐসু মপুঙ ফা, খঙনবা হাযদুনা ।
পোক্লে মপোক্ অমদা নঙগী ভাবপু লৌদুনা ॥
কৌগে কৃষ্ণ নহাক্লুম্ খোয়বাঙদুনা ঙাউজগে ।
'কৃষ্ণ কদায় শোয়শোন্ নঙগী লমন্ শিংজগে ॥

(১৩৩)

মতম্ লৈবা থিবিক্তা শোল্লু পৃক্লিও বাধাদো ।
বাধা মহাক্ নত্তনা ঐহাক হিংজনীওদেদো ॥
যাবটৃগ্রামদা পোক্চবী বৃষভানু-কুমাবী ।
আয়ান-ময়ুম্-ও্জবী মাগী ওইনা লৈজবী ॥
বৃজভূমি অসিদা ঐবু নীঙবাঙাক্তনী ।
মহাক্তনা মহেল্লী খ্যগে হাযনা হায়বিনী ॥
শাউগে হায়ব শাউশনু কবিমতা নাচ্ংদে ।
মহাক্তনা শাউব্রদি অতৈ বাদি বওজদে ॥

(১৩৪)

ওসি থাশি অহিংনী ইবুংঙোবু নীঙশীঙত্রী ।
মনাক্ মৌনা চৎপদা কনানবু উগনী ॥
নুংঙাইবেদা ওসিদি অকি-অথং লৈববোই ।
কৃষ্ণ মাগী মনীঙ থুং থুংহন্বদি শোযববোই ॥
অতি্ অসি থেংদ্রিবোই বাশী মবোন্ তাদবি ।
কৃষ্ণবন্দা ইবুংঙো মৌদ্রি মাল্লে খনজবি ॥
বাশী ইঙ্গিত তৌবক্লাল্ ওইবক্লনী ইবেম্মা ।
শেম্মা শাবা লোইশল্লো থেঙখবনী হায়নীমা ॥

(১৩৫)

ইবুংঙোনা পেল্লবা ফিজেৎ লাক্শেৎ থ্বৈজদে ।
ইত্তা নথোয় মমাম্গী বুদ্ধি শীজল্লদ্রদে ॥
কবি লৈতেং তৌগনী সেবা মতীক্ চানবা ।

খল্লু ইতা অমুক্তা নবুঙ্কিনা খনুঙম্বা ।।
ঐনা পাম্বা মচুদি মুনা শংবাম্ববনী ।
বাখে, মানা পাম্বদি লৈহাও লৈবেন্ মচুনী ।।
ঐখোয় তৌগে য়েংঙুসে ইবুংঙোনা পাম্জবা ।
মচু খল্ল ফি লাওগে নহাক্ তুমিন্ লৈউবা ।।

(১৩৬)

অতিয়াসু শংঙিদো যমুনাসু শংঙিদো ।
থম্মোই-মপু মাগীসু কুচু মুনা শংজৈদো ।।
যুম্দা লৈবা মতম্দা অতিয়াবু য়েংল লৈ ।
যমুনাদা চংপা কাল্ মাগী লাইজ য়েংল লৈ ।।
নোংদোম্বক্তা নোংমংকাল্ অদুমসু য়েংজৈদো ।
মতৌ অসুম্ ঐহাক্না কায়ন-মৈচাক্ খাঙজৈদো ।।
মহাক্নদি নুপা ওই মনীঙ পঙতম্ তম্জবা ।
ঐদি মদু যাদেদো পাম্পী নুপী ওইবক্পা ।।

(১৩৭)

বাঁশী খোংলে মথৃম্জে কুচু য়েংলে মপান্জৈ ।
শাবান্ য়েংলে পুক্নিঙ হুয় মীংচি তেন্সু মকাপ্চৈ ।।
য়েংদুনদা লৈনীঙউী মাগী মাযখোঙ থাজদো ।
থানিল্ মাযখীহন্বদো বাইগী লাংথাক্ মান্বদো ।।
শাথেক্ অহম্ থেক্চব মীংচি-মোমোন্ নোক্পদি ।
নুজা-থম্মোই হূজৈদো ঙম্নী কবম্ খাঙবদি ।।
মৌগী শীঙদা চল্লসু কংখ্রে থবাই মঙোন্দা ।
কবম্ ঙম্নী হন্দোক্পা হায়মু সখী অমুক্তা ।।

(১৩৮)

নুংশি হৈতে বিথিদু কবি নোংদম্ কৌবগে ।
মৌগী শীঙদা চল্লগা কৃষ্ণ কদৌ পাম্‌হন্‌গে ॥
আয়ান্‌গীবু ওইহন্ন কৃষ্ণদমক্ ওল্লন্‌বী ।
মীনা কবি হায়গনী হায়বোইদব ওত্তবী ॥
হন্দক্ মপোক্লিমদি মিংচৎ থীনা লেন্‌বা তায় ।
কৃষ্ণ মাগীদমক্তী মগু পৃস্না বাঙবা তায় ॥
ইপুবোইবা ওইবনী কৃষ্ণচন্দ্র মহাক্রা ।
অতৌ অমা পাম্লবা তৌববোইদো ঐহাক্রা ॥

(১৩৯)

রাধা ঐগী পৃক্‌চেন্ বঙ কৃষ্ণ শীবে বিথিনা ।
বিথি মাগী লমন্দি কবম্ হায়না শীঙ্‌নীনা ॥
কৃষ্ণচন্দ্র মহাক্তি নুপালক্ত বত্তয়ী ।
ঐগী লাইবক্ ফবনা বতন অসি ফংবনী ॥
ঐহাক্তনা হায়রবা সখী নঙসু হায়যুনে ।
লাইবক্-ফবী ঐহাক্তী, কনা অমা লৈগেনে ॥
সখী খুম্‌জৈ তন্নদা লৈতে নহাক্তুম্বদি ।
মৌদে চন্দ্রাবলীসু নঙগী কৃষ্ণ মনীঙদি ॥

(১৪০)

মীরা ভাঙবা পাম্‌জবা ব্রজবাসী মখোয়নী ।
রাধা-কৃষ্ণ অনীগী নিন্দা তৌব লেন্‌বনী ॥
কাক মান্নৈ নিন্দাদা, শিব কৃষ্ণ ফংজৈদো ।

রাধা-কৃষ্ণ-নিন্দাগী মহৈ চাবে হায়নৈদো ॥
শোন্সি ঐখোয় তিম্বনা রাধা কৃষ্ণ নিন্দা তৌ।
মহৈ চানী কৃষ্ণ ফং রাধাগীদি মতৌ তৌ ॥
শ্রীংকৃপ্ কাংদে, রাধাদি কৃষ্ণ নীঙৈজে শোন্জেদো।
মহাক্মক্পু যৌত্রসু শোন্জমন্দি ফংনীদো ॥

(১৪১)

কলঙ্ক-বন্ধন্ চাউগনু কৃষ্ণ মমিং যাম্বনী।
মরোল্ অহুম্ নুজাদি মাগী ওইবা ঙাক্তনী ॥
মাবু উবা থুদিঙনা উব হেক্তা পাম্বনী।
মাসু পাম্জৈ মখোয়বু অমতসু খাক্তনী ॥
ঙকথি মাগী প্রেমদি অনী শুদে প্রেমদাদো।
অদুনবু তাম্নৈদো মাবু ফংগে হায়নদো ॥
মাগী ওইবা থুদিঙনা মাবু নুংঙাইহন্নীঙই।
মাবু মপৃঙ ফানদা শেন্হনজনীঙঙী ॥

(১৪২)

রাসমণ্ডল ময়ায়দা জগোই শাজৈ অনীনা।
শান্নমখৈ শান্নব রাধা পুখি কৃষ্ণনা ॥

(১৪৩)

অতৈ রাদি রাবেম্মী থম্মী সখী ঐহাক্না।
কৃষ্ণ মাগী রাধীনা রানী হায়না থম্মীনা ॥
সখী মশেল্ ঙাঙনৌদা তাব নাকোঙ শেম্নবা।
ঐদি তাঙ্গা য়েংদুনা যাওগে রাদো ঙাঙনবা ॥

নখোয় খ্বাইবু নুংশিজৈ কৃষ্ণতনা মহেল্লী ।
মবম্ ঐসু হায়ঙম্‌দে হায়বিসিনী মহেল্লী ॥
দিবানিশি মাদ খন্ অতৈ ঋাদি খন্‌ঙম্‌দে ।
অসুম্ তৌয়ি কৃষ্ণপ্রেম অতৈ অমা খন্‌জদে ॥

(১৪৪)

শাউন্নু সখী অচান্‌বী ঐগী ঋাবী শাবসে ।
ইশাগীদা খল্লী ঐ কাউজৈ নখোয় পৃষ্মসে ॥
ফংননবা কৃষ্ণবু খন্দুনদা মবৈদো ।
নখোযগীবু মতেঙ লৌ নুংশি-মৈচাক্ খাঙজৈদো ॥
ঙম্‌দে শিংবা লমন্দি, হন্দক্-মপোক্ ঙম্মবোই ।
নখোয শাউবা যাদেকো ঋাবৌগনু ইত্তাবোই ॥
নখোয় লৈম্‌বদ্রবদি ঙম্মোই কৃষ্ণ নুংশিবা ।
ঘৃৎপা ওম্লোই কদৌনুং নুংশি-লম্মৈ হৌ বক্পা ॥

(১৪৫)

কৃষ্ণ নঙনা চান্‌বনা মদন মশাক্ ফজৈদো ।
নহাক্রবু চান্‌বা'ণ কুবেব লল্লেবনীদো ॥
নঙগী ঋাবু ভাঙনবা সবস্বতী লৈবনী ।
নঙগী মিংচৎ শক্রবা ম্রাগী বীণা খোংবনী ॥
নঙবু নুংশিকবনা বাধা ঐনা কপ্‌চেদো ।
উদবগী মৈচাক্তো তম্ফম্ খঙদ চাক্‌য়িদো ॥
র্যাস নঙগী থৌজান্নী নঙনা নুংশিবিবনী ।
অসুম্ লৌব পুন্দিগে কপ্প কপ্প লেনজনী ॥

(১৪৬)

নুংশি থাগোন্‌জবদি কবি হায়নী ইবুংঙো ।
নতন্নাক্তা পম্বদি নুংঙাইজোদা ইবুংঙো ॥
ঐখোয়নীদা ওায়বেদো বতি লালবু শান্নসি ।
হবাওমখোই কানব অনীঙ অনীঙ থুংনসি ॥
ইবুংঙোগী পেম্নবা থরাই মঙা কংচবে ।
নঙগীদমক্ হিংবনী নঙগীদমক্ লৈজবে ॥
কম্না কুইঁনা নুংঙাইনী মতৌ অসুম্ লেন্দুনা ।
অমুক্ কায়নদৌবিত্রা অমুক্তদি হায়মুনা ॥
খায়নবগী ক্রাথন্দি বাখে অমুক্ খল্লনু ।
নঙুংলাংগী লৈবিদো কবিমতা রাবনু ॥

(১৪৭)

বাধা কৃষ্ণ লেংগোম্না লেম্না মতম্ অদুদা ।
থৌগল্ চঙবী মনাই ওই লৈজবদু পাম্জেদা ॥
অসুম্ হায়না সখীশিং মহে মহে ওাঙনজে ।
অনীগীবু রাবী শা হবাও-মখোই কানজে ॥
অনীগীবু লীলা যাও অনীদবু তেঙবাঙবা ।
ঐখোয়গীবু ইথৌনী সখী মশেল্ ভাঙনৈবা ॥
লাইবক ফবী সখীশিং মঞ্জরীগা লোয়ননা ।
থৌগন্‌জগে হায়নদা অনীদবু হায়জেন্না ॥

(১৪৮)

থিবা ফংদে ফজবা কৃষ্ণ মহাক্ নত্তনা ।

মাগী বাশি মবৈদি ভম্বৈ লাক্লী কনানা ॥
হায়য়ু তাসি ললিতা বিশাখাসু খল্লুবা ।
কনা অমা লৈবিগে কৃষ্ণদগী অহেন্বা ॥
বাথে নত্তগী নমীত্তো ঐখোয়দদি পান্দেদো ।
মুনা বাশি লৈবদি ঐখোয় কবম্ খত্তনীদো ॥
মপোক্ লাক্তোন্ অমদা নমীৎতুগুম্ পাল্লদি ।
উনী ঐখোয় ময়াম্সু মহাক্ ফজে হায়নদি ॥

(১৪৯)

মুবে মুনা মঙান্জে থাজ-নুমিৎ কোটি হেন্ ।
কামদেব কোটিবু লৌজে ঐনা মানা হেন্ ॥
মবোল্ অহুম্ থিকচো ফংলোই মাগুম্ ফজবা ।
মুনা বাশি লৈজবা ঐগী কৃষ্ণ শক্হেন্বা ॥
লৈবম্গনী লৈবল্লোই হায়জ ভম্দে ঐখোয়দি ।
ভম্গদৌবা হায়বদি নত্তগুম্ নুংশি ভল্লদি ।
লত্তনবনু অমুক্ হন্ সখি নখোয় নীত্তল্লোই ।
ঐনা শাওনীত্ত শিবদি হিংহন্বদি ভম্জবোই ॥

(১৫০)

'কোকিল মাসু মুজেদো মখোন্জেল্সু খুন্নীদো ।
খোন্গে মমিং কৃষ্ণবু ব্রজ-কোকিল হায়নদো ॥
কুহুদবু মুদেনে মখোন্জেল্ খুম্জেনে ।
মানা খোত্তবা বাঁশীখোন্ মদুমসু খুম্জেনে ॥
অথুম্বনা তিল্লবা ফজববা মায়খোত্তনী ।

রাধা ঐগী থবাইনী, ব্রজগোপী-নীঙবনী ॥
নন্দবাগী মপাবি কৃষ্ণ-কাহ্নাই লালাদো ।
উজনীঙঙী তংতনা বিথি মানা খঙঙীদো ॥

(১৫১)

রাধা নঙগী ময়াম্বোঙ য়েং খঙঙী কনা খল্লি নঙ ।
লোংশা মাবোই শাজংতো চেক্শন্জৌকো রাধা নঙ ॥
মচম্নুপী মরাহে ভাব খুম্থি রাধানা ।
ঐনা কনা থল্লুনী ঐগী ওইবা নত্তনা ॥
পুন্সি সিনা লৈবিখে থরী ঐহাক্ মহাক্ত ।
মীনা সজি কৌবীদো ঐসু কায়দে ধর্মদো ॥
ইপুবোইবা লৈনদি পৃক্লীঙ কবম্ লোঙনীদো ॥
পঙজবরী কুটিলা মনম্মদি রাধানা ।
মবুং আয়ান নীঙবোবে থনজখিদো হবাওনা ॥

(১৫২)

কৃষ্ণপূজা তৌদুনা লৈহৌবেনে রাধাদো ।
নমীংমক্রা উবগা নঙনা থাজগনীদো ॥
ঐগী তুংবু ইল্লকউ উদ্রবদি থাজবোই ।
রাধা মানা তৌবপুম্ উজবনী শোয়ববোই ॥
কুটিলাগী তুংইল্ল তন্না চংলী আয়ান্দো ।
কালী পূজা ওইবন্নে, মচম্নুপী চৈথিদো ॥
খুঙম্ খঙদা কুটিলা চম্নু য়েংল লৈজখি ।
মবুঙ আয়ান্ তন্নদি কালী দেবী খুকম্থি ॥

(১৫৩)

কুটিলাগা আয়ান্‌গা হন্‌খববা মতূঙদা ।
কালী কৃষ্ণ ওইবগা বাধা য়েংল নোক্‌খিদা ॥
করম্ তৌগি মিপাইবা কবম্ববু মিহুন্‌খি ।
নীঙজমন্‌গী কান্নবে বাধানবু খুম্‌জখি ॥
নহাক্তনী নীঙদৌবা অতৈ অমা নীঙফদে ।
নখোঙ খম্নাল্ চেৎন কোন্ পাম্‌জে লেন্‌বা মতম্‌দে ।
থাদোক্‌পিনু ঐহাক্‌পু ননাইনীবু খন্দুনা ।
মশোক্ লাওোন্ খূদিঙদা শোক্‌হন্‌বিয়ু লোয়ননা ॥

(১৫৪)

কুঞ্জবন্দা কোয়কসি হৈবা, লৈবাং থিকসি ।
অসুম্ হায়না কৃষ্ণনা পূখি তন্না বাধাসি ॥
অসোম্‌দনা সখীশিং বানা বানা খাঙজখি ।
যুগল মূর্ত্তি উদ্রদি কবম্ লেপ্পী খনজখি ॥
বিশাখাদা হায়বম্মী হৈশিংজবী ললিতা ।
অনীগীবু পেন্নবা শেম্‌সি শাসি লাক্রোদা ॥
হন্নক্রগা চেপ্পবা লৈগী শয্যা শেম্‌শিনে ।
ভায়হাক্ পোথাহল্লগা যুম্‌দা যুম্‌দা হল্লিনে ॥

(১৫৫)

কৃষ্ণলীলা তেংবাঙল সখী নখোয় লৈবনী ।
বাধা মাগী মতাবোই ওইনা ঐবু নীঙবনী ॥
বাস-লীলা শান্নসি গোপী খূদিঙ মনাক্ লেপ্ ।

শাগে জগোই পেন্নদি পুক্রীড লোওদ চম্ম লেপ্ ॥
কবি বাতা কৌবগে পুক্রীড লোওদে হায়বদি ।
কবম্ হায়না কনাগী ওইব লেপ্রী নহাক্তি ॥
একো গোপী একো শ্যাম উহন্‌গনী নখোয়দা ।
অদুগুম্না বাসদু শান্নগেনে খওভুদা ॥

(১৫৬)

বাস-মণ্ডল মথায়দা গোপীশিংনা কোয়শল্লে ।
বাধাগবু লেপ্‌মিন্ন লেংগোন্নজে হবাওনা ॥
অউবা খুবাক্ খু ইকায়দেদা হায়নখি ।
কবিদৌনা ইকাযনী বাধা তন্না খুন্নক্‌খি ॥
মসিগুম্না পুণ্ডফম্বু ডায়দুনদা লৈবনী ।
ওসি লাইবক্ ফবনা নীওজববু থু্ংবনী ॥
নত্তবনে ইবুংঙো হাযনা হংখি কৃষ্ণদা ।
মানী বাধে মানীদা খুম্‌খি কৃষ্ণ বাধাদা ॥

(১৫৭)

নীভন ইপাক্ তাউদুনা লৈমিন্নসি ঐখোয়নী ।
বাধাগীবু কৃষ্ণনী কৃষ্ণগীবু বাধানী ॥
হায়বিবক্‌খি কৃষ্ণনা মীংচি তেন্দো কাগুনা ।
মোমোন্ মোমোন্ নোক্‌চব চুম্মী হায়খি বাধানা ॥
অনীবু নুংশিন মহৈ মহৈ হবাওবা ।
অঘেংবগী নুংঙাইবা ওম্‌খেবুদি লৈতেবা ॥

(১৫৮)

ইমাগীদি ইবুংঙো কানু খোইবেন্ নুংশিবা ।
জগোই শাৱ য়েংহল্লম্ শন্জেন্‌বদি চংলূবা ॥
সনা ফিগে শেংশীগে কোক্তা চূড়া খেংশীগে ।
খোঙদা নূপুর শিবিগে শাজৈ খুত্তা পামহন্‌গে ॥
ননী মাখন হাপ্পগে শন্জেন্‌বদা পুনবা ।
সখাশিংগা লোয়ননা চারু হাপ্‌কে ওক্রবা ॥
থাবগেসে ইমা তান্ তাথৈ তাথৈ হায়নদি ।
য়েংগে ইমা জগোইদো ইমীৎ অনী পেন্নদি ॥

(১৫৯)

ইমা ইমা হায়দুনা মায়খোঙ থাজ উৎতুনা ।
জগোই শাখি কৃষ্ণনা শাখেক্ মখেক্ মথল্লা ॥
জগোই শাথেক্ ফজবা যশোমতী উজখি ।
হোৎচন্দুনা চুপ্‌চখি পৃক্লীঙ মকা লামজখি ॥
মীংকূপ্ অমা থানীঙদে বানা বানা মিপাইনা ।
মচাবুদি থাজখি য়েংল নৈদো শংত্রিক্রা ॥
শল্লুপ্ হোইব চংখিদো মমা থাদোক্লম্নগা ।
শিঙা বেণু খোংদুনা লোয়নখিদো বলাইগা ॥

(১৬০)

অট্টালিকা মথক্তা কাব বাধা ঙাইজখি ।
মবুংভোগী মায়খোঙ থা উননবা নৈজখি ॥
শিঙা বেণু মখোন্ তা কৃষ্ণ লাক্লে খঙজেদো ।

উনীঙবনা খোয়বাংজৈ লুক্হাবদা উবদো ।।
কৃষ্ণ প্রেমদি কন্নিদা ঙাইহক্তবু কাউদেদা ।
মতম্ পুম্বা উনীজ্ঞী উনীঙঙবনা ঙাওজৈদা ।।
উৎলী কৃষ্ণ লুশম্ পাম উনফম্বু তাক্লম্মী ।
মোমোন্ মোমোন্ নোক্চব বাধা বিদায় পীবম্মী ।।

(১৬১)

ইতাও চৎলো হৌজিক্মক্ য়াম্বহৌবে হায়রুচো ।
উনীঙবগী মৈচাক্লা কালা কাবে তম্মুচো ।।
তাসি কবি হায়বক্কে ইতাও সুবল চৎলুবো ।
নঙনা চঙবা থি‌ংলোইদো ঐগী ইপাও তল্লুবো ।।
মাসু নুংশিবম্গনী ঐগা নুংশিবগুম্।
খল্লী মাসু য়াবল্লী ঐনা য়াজবিসিগুম্ ।।
চুম্না যেংসি খল্লিযে মতম্ মাঙহল্লগনু
থুনা মাংযা খোঙথাঙভু অমুক্ থিল্লুবগনু ।।

(১৬২)

বাধে বাধে তাবিল্লা খোইবাঙজাওগী মপাওনী ।
নঙগী চেঙলৌ ফজবা উনীঙবগী মপাওনী ।।
ঐহাক্ নম্বৎ শিল্হৌগে শনাও পল্ল ঐ শাবো ।
ইতাও কৃষ্ণ মনাক্ তান্ থীন্দনবু মৌকবো ।।
বাধে নঙবু ফংবদা নুংঙাইবনা লোইজনী ।
শিগে খন্বা মহাক্তো তন্না হিংগৎলকনী ।।
হায়জকচো মঙোন্দা থীবায়ববু নক্তেদা ।
লাইবক্ সিন্দূবসিনা থিংবননী হায়কদা ।।

(১৬৩)

কনা মস্তুংলাংগীনো বাধা ঐনা খাওলিসে ।
চাফম্ থক্ফম্ খওদখৈ অসূক্ য়ানা লেন্‌বসে ॥
লাক্খিগদ্রা মহাক্তো শনজেম্বা ওইনদো ।
নিংথৌ তাওবল্ থাদোক্রু ঐগীদমক্ হায়নদো ॥
কাউরি নন্দ যশোদা নু‌ংশিহল্ল মহাক্পু ।
কাউমি গোপীশিংবুসু কাউনী শোয়বোয় ঐহাক্পু ॥
বিধি মানা তন্থদি কনানবু কক্কনী ।
অসুম্ য়ান-য়ানদৈ লেন্‌জববা হায়দুনী ॥

(১৬৪)

কুবুজাগী মবল্ ওই ভাল্লী কৃষ্ণ নিংথৌদো ।
নিংথৌ তাওবল্ মহাউদি থাদোক্পবু ওম্‌দেদো ॥
প্রজা শেন্‌বা হোৎনবি শা শেন্নবা লাক্‌ওম্‌দে ।
থাজদবে কনাম্‌তা ওইনী হায়বা লাক্পদে ॥
মথুরাগী নিংথৌ ওই প্রজা ভাক্লোন নৈনবি ।
মমা মপা মনাক্তা নুংঙাইনবু লৈজবি ॥
খল্লুবনু মহাক্পু খন্‌জম্‌নদি ফংলবোই ।
মানা নীওদ্রে ঐথোয়বু অমূক্ হন্না উববোই ॥

(১৬৫)

চংসি লাক্লো ইতাশা ননী মাখন য়োল্লুসি ।
যমুনাবু লান্দুনা কৈথেল্ কাবা চংলুসী ॥
অসুম্ হায়না চংপনা থেংনকবে কৃষ্ণগা ।

হিহোন্‌বনু শাদুনা লৈবপ্পদি মহাক্না ॥
গোপী ঐখোয় লাছোক্‌উ হিবাম্মন্দি পীগেনে ।
খুম্‌খি কৃষ্ণ তন্নদা হিবাম্মন্দি ভক্তিনে ॥
পীবা ওমদ্রা ভক্তিসে গোপীশিংদা হংলক্মী ।
আর্যালক্মী থাদোক্লো ভক্তি পীগে হায়রক্মী ॥

(১৬৬)

কানু মাগী পীরিতি চন্দনগনু মাম্নেনে ।
তক্ল তক্ল হেল্লক্‌পা চন্দন মণম্ শাজৎনে ॥
খল্লু খল্লুবগনু হেল্লক্‌য়িদা নুংশিবা ।
কাউগে তৌযি মওমদে নুংশিবনা মহেন্‌বা ॥
নোংমা নোংমা হেন্‌জল্লক্ কবম্ খাওনী হায়যুবা ।
কাইওমদবা মহাক্‌পু ঐনা কদৌ খল্লুবা ।
হায়যু সখী কম্‌দৌনী উনীওবনা লোইবেবা ॥

(১৬৭)

গোবিন্দগী বুয়াদো খুয়া থম্লাল্ অদুবু ।
কাউবা ওমদে মীৎকুপ্‌মা কবম্ কাউনী খুয়াবু ॥
খুম্‌গী থবক্ কাউথোক্‌য়ি মাগী খুয়া থম্লাল্ নীঙ ।
কনামতা নীঙনীঙদে লৈদো মাবুদবু নীঙ ॥
বৃদ্ধি-লৈবী ইতাশা তাক্‌উ বাধা ঐঙোন্দা ।
মাগী খুয়া কাউনবা, লৈননবা য়ুম্‌দদা ॥
কালা ভৃৎপু চুয়দি থাবা লৈতে হায়নৈনে ।
মহাক্রবু চুপ্তদি মীদো মাগী ওইব্রেনে ॥

(১৬৮)

বোইমু-লাবা অমুবা চংখ্রো নশক্ যেংনীঙদে ।
কৃষ্ণ কায়ন-মৈচাক্তি খঙদ্রা হেল্লী হায়বদে ॥
কৃষ্ণ মনাক্ পাইখবো কুচু  মাঙ্গৈ তিল্লক ।
বাধা-থম্মোই-মৈচাক্সে হেন্নবা তানক ॥
নৈশম্দুনা স্বাইয়াইদা ঙংলবনু ওক্চবে ।
অমুবগী শাগেদো যেক্রুবনী খনজবে ॥
চান্বিদুনা পাইবিখ্রো তন্নু চংলু কৃষ্ণদা ।
ঐগী থম্মোই-মৈচাক্সে খঙদ্রিববা হংলুদা ॥

(১৬৯)

বাধা-প্রেম্নু চাংয়েংনীঙ কৃষ্ণ নাশন্নবম্মী ।
ব্রজবাসী কম্নাগী খুযা  উফুল্ পাম্নম্মী ॥
উফুল্ অদু হক্চাঙদা তৈবগদি যগনী ।
হায়খি নাবদ মুনিদা খুম্খি নাবদ চংকনী ॥
ব্রজদগী থুংলগা মীপুম্ খুদিঙ চঙদুনা ।
খুযা উফুল্ নিজখি পীদে কম্নামতনা ॥
গতি নৈত মুনিনা বাধা নাক্ত চঙজখি ।
কৃষ্ণ যনী হায়বদা খুযা উফুল্ পীথোক্খি ॥
চীঙনবম্দে বাধাদো কৃষ্ণপ্রেমদা লুপ্পনা ।
অম্ঘম্ উংখি ময়ামদা বাধাপ্রেমদো কৃষ্ণনা ॥

(১৭০)

হায়মু তাসি ইবুংঙো কবম্ শুংঙী নুংশি-লাং ।
হায়মু তাগে ইবেম্মা কবম্ শুংঙী নঙগী লাং ॥

কৃষ্ণ ঐদি শু‌ংদেনে নহাক্তনা শু‌ংবনে ।
নশুংলাংগী বাবনা লোইনমক্পু কাউবেনে ।।
নহাক্তনা কাউববা ঐসু অতৈ কাউম্নিদো ।
ইবুংঙোদ নীঙনীঙউী হৈদা লাংদি শুংবদো ।।
লাংশুংবগা শুংবীগা কন্নানবু হেন্‌বনো ।
কবম্ হায়না লম্ওম্নী ওন্‌গদবা কন্নানো ।।
কৃষ্ণগীদি লাংশুংদো রাধিকাসু খঙদেদো ।
রাধিকাগী লাংশুংসু কৃষ্ণনসু খঙদেদো ।।

(১৭১)

রতন-পালং মথক্তা ফম্লে রাধা কৃষ্ণনা ।
হৰাও মথোই কাদুনা লেঙ্গোন্নজে অনীনা ।।
চীন্‌গা চীন্‌গা চীলোক্লে নীঙজ-ইপাক্ তাউমিন্নে ।
থব্রাই-হক্‌চাঙ পীথোক্লে নুংশি-লম্‌জেন্ চেন্‌মিম্নে ।।
অমনসু হেন্দেদো অমনসু নোপ্তেদো ।
শক্তিমানগা শক্তিগা মান্নজনা চেন্‌জৈদো ।
মবুক্ তেংনা হায়দোক্‌য়ি রাধা কৃষ্ণ অনীদো ।
কৃষ্ণনমুক্ খুম্‌জবি কৃষ্ণ রাধাগীনীদো ।।
যুগল মূর্ত্তি উজবা সখীশিংনা হৰাওজৈ ।
মহৈ মহৈ থব্রাই কৎ হৰাও মথোই কানজৈ ।।

(১৭২)

যামুন তুরেল্ মহাক্তো ইচেন্ লেপ্তে চেম্লবি ।
রাধা ঐগী লাইবক্তি ইচেন্-লেম্না ওইজরি ।।

যমুনাসু মনাইনী রাধা ঐসু মনাইনী ।
লাইবক্ মান্ন-হন্নিবা মীচং-মীখায় নাইবনী ॥
কৃষ্ণ ফংলে ফংদেদো উনবগা কাম্নৈদো ।
সখী ঐগী লাইবক্কে কবি মতৌ কৌগেদো ॥
কৃষ্ণ পণ্ডিত্ অমনী মানা মুন্না খঙবনী ।
নুংশিবগী কায়নবা নুংশি-মহাও হেন্‌বনী ॥
চৈথবশ্মী সখীদা নহাক্ কৃষ্ণ-মীচঙনী ।
কায়নবগী মৈচাক্তি খঙদে মহাক্ হায়বনী ॥
সখী তন্না খুম্‌জখি মাসু চাক্‌য়ি মৈচাক্তো ।
অনীমক্তা চাক্‌মিন্না অনীমক্তা খাঙনৈদো ॥

(১৭৩)

হে নুংশিবা নহাক্‌পু করম্ শাখি বিধিনা ।
শিজ্জববা নঙ ঐসে হিংলব্‌োইদ্রা হায়মুনা ॥
নঙনা মাগী মীচঙ চঙ খাধা ঐবু বাহল্লে ।
মাদি নুপা ওইবনা তরাই মপু ওইবল্লে ॥
ঐদি নুপী ওইবনা মাগুম্ ইনীঙ তম্‌ঙম্‌দে ।
নঙনা শীন্‌বা থৌশীল্‌সে ঐদি খঙবা ঙম্‌জদে ॥
নঙনা ঐবু কোয়পু পু অঙাওবীগুম্ চংহল্লে ।
মাবু ফংবা ঙম্‌দনা পিবাং শিন্থু লেন্‌জরে ॥

(১৭৪)

মাকুগনু ইবেম্মা থৌজান্-হৈবা কৃষ্ণনী ।
মাবু-নীঙবা মীদুবু কাউগদ্দবা মহাক্ত্রী ॥

নুংশি মথৌ শঙনবা উহন্দবা ওইবয়ী ।
কামশাস্ত্র খঙলবা মীবক্তবু থোইবনী ॥
খবমথৈ মখাগী নুংশি-লীচৎ থোয়বনী ।
চুমথ্রিংনবা মওংদি মাগী নত্তে হায়বনী ॥
নুংশি-লীচৎ খঙব্রদি বাইদো ওমথৈ লৈতনা ।
ঐনা হাযবা য়াদ্রগা অখঙবদা হংঙুনা ॥
(১৭৫)
নুংশি নুংশি নুংশিদে নুংশিদ্রসু মনুংশি ।
লীচৎ অসী খঙদে ঐ কবম্ বাঙনী মখাঙসী ॥
ইত্তা তাউনে পৃক্রীড চঙ মতম্ পুম্বা খল্লিদো ।
উনগনী আশাদা খন্দুনদা মথৈদো ॥
উনবদি তম্ভমদ্রে তম্থিববা বিথিনা ।
নুংশিশয়া তাংতৌবা হায়নবুদি খল্লেনা ॥
মপৃক্ শেংনা কদৌঔে নুংশিবনী হায়ঙমদে ।
খল্লু খল্লু চিংনৈদো নুপা শাজং খঙঙমদে ॥
(১৭৬)
নুপা শাজং হায়দুদি থোইমু শাজংকুম্বনী ।
লৈবাং অমা থোইহী চুপ্ লৈবাং অমা য়েংবনী ॥
লৈবাং অমা হন্দোক্ল অতোপ্পদা চৎলিদো ।
থোইহী চুপ্প লোইবনী লৈবাং নুংশিবিদেদো ॥
খঙদে থোইমু লাবনা নুংশিবদু কমদৌম্রি ।
তাইবঙ মীসু অদুগায় নুংশি খঙদে লৈথোক্মি ॥

সখী নত্তগী কৃষ্ণদো থোইমু-লাবগুম্মীদো ।
নুপী খুদিঙ মীৎয়েং তাই কনাগীসু ওইদেদো ॥

(১৭৭)

নুপী-পান্না কৃষ্ণনী খাক্তে নুপী অমতা ।
লম্পট-শাজৎ মাগীনী ওইয়ু যাদে ঐগীতা ॥
মানা কাউথোক্পিবসু ঐদি মাবু কাউগুম্দে ।
হৌনশানী লম্পট্কী মহাও তংল কাউবদে ॥
মরমচৎতু খঙনদি থরাই-পূক্নীঙ চৎপনী ।
মানা লাক্পা থোক্লসু দেহে অসি কৎকনী ॥
ঐগী পূন্না কৎথোক্ল শীত্রবনী মঙোম্দা ।
মপোক্ মপোক্ খুদিঙদা ওইনী ঐহাক্ মাগীদা ॥
মাগী নুংশি-লাংদিনে অতৈগীগা মাম্রদে ।
মাবু ফংদ্র ফংদ্রগা মাবু ঐনা থাঙম্দে ॥

(১৭৮)

মীগী ওইহ্রে খঙনমক্ ঐগীনীদা খল্লিদো ।
বাধা মাবু থানীঙদে মাবু ফংজনীঙঙীদো ॥
কুলবধূ মহাক্পু অহিং তাংলৌ থেঙবদা ।
কৌথোক্লিদো ঐহাক্লা মাসু মাব লাক্লিদা ॥
মিংচৎ খীনী বন্দেদো মিংচৎ-থীবা কোক্থোঙ নাম ।
ইকাই ইকি মবন্দো থাদোক্লুনা ঐবু ঙাম ॥
মাবু উবা ফংদ্রদি লৈবা ঙম্দে ঐহাক্সু ।
ঐবু উবা ফংদ্রদি লৈবা ঙম্দে মহাক্সু ॥

[৭৬]
বিধি যানা তশ্বনী করম্নদি লীৎথোক্লী ।
তৌজমন্দো চবনী কব্রি তৌবা ওম্‌গনী ।।

(১৭৯)

কুঞ্জ-থোঙবু হাংলেনে থাওমৈ ঙাম্না থাম্লেনে ।
পোৎলম্‌শুনা সেবাগী ওক্লনবা থেম্লেনে ।।
হৌজিক্ ফাওবা লেঙলক্তে কাউথ্রববা হায়নব্রা ।
লাইবক্ ফবী নুজানাক্ বিহার তৌব লৈখত্রা ।।
ঙসি লেঙবিবক্তদি কবম্ তৌনী লাঙলিসে ।
কোম্থোং থোক্ল যেংগেবা কবি তৌনী হায়যুসে ।।
তপ্‌থবিযু ইবেম্মা নবু‌ঙোদো লাক্লনী ।
থৌজান্-হৈবা মাগুম্না লৈতে হায়নবিবনী ।।

(১৮০)

কৃষ্ণ মাগী লাংথাম্লে কবম্ হায়না থাক্‌পনো ।
সূক্লীৎ লীৎথোক্ যাদেদো কবি থোক্লগদৌনো ।।
দিবা নিশি মাবুদা থন্দুনদি লৈহল্লী ।
কাউকবদি হাযকনু কোমডাও কোয়ডাও ভাওহল্লী ।।
ইমুঙগীদি থবক্তা পূক্লীঙ চঙদে চঙশরৈ ।
মথোন্ অমা তাবদা থ‌ব্রবসু থংশরৈ ।।
হায়যু তাসি ইতাবোই কৃষ্ণ মাবু কাউঙমুদে ।
কবি ঈদাক্ চাবগা ঙল্লী মাবু কাউবদে ।।

(১৮১)

অহিং তাঙলৌ থেঙবদা কৃষ্ণ বাঁশী থোংলক্‌য়ি ।
বাঁশী-খোন্জেল্ তাবদা গোপী পূক্লীঙ থোয়বাঙয়ি ।।

বাধা মাসু অদুঙায় মানা হেন্না খোয়বাম্ভী ।
অকি অখং থাদোক্ল খোঙগী নাতৈ কাঙনীঙুঙী ॥
অমুক্ হন্না খন্দেদো পাইখ্রে বাধা নুংশীৎকুম্ ।
মনেম্ মচন্ কিখিদ্রে চৎলে আয়ান্ কাউবগুম্ ॥
কৃষ্ণতবু খন্বনা লম্বী শাংনা তেন্থবে ।
খোঙথাঙ ঙম্জমখৈদি থুনা মাঙনা থাংখবে ॥
য়ৌখি কুঞ্জবম্নুংদা ফংখি মবুংঙোবুদি ।
তাক্খি জগৎপূম্বদা কিকফদে হায়নদি ॥

(১৮২)

ঙবাংতমক্ ওইমাম্লে খল্লুবদি লাম্লেদো ।
নোংমা নোংমা য়ৌবনা মতম্ কয়া কুইখেদো ॥
মাগী চেংলৌ উদবা কুম্জা মশীঙ যাম্রক্লে ।
পুম্লিসিদা অমুক্ হন্ কৃষ্ণ উবোয় খল্লক্লে ॥
লাক্খিগদ্র হায়য়ুনে নবোম কনা খঙবগে ।
মথুবাগী নিংথৌদো কখি খল্লম্গদগে ॥
ওইদ্রে বাধানাথদি নৈমিন্নত্রে কুজাগা ।
বাধা ঐগী পুম্লিসে লেন্বা তাবে কপ্পগা ॥

(১৮৩)

বাধে নঙবু ঙাওববা নৈনাক্ খুম্লোন্ খঙদ্রেনে ।
মানা নঙবু নুংশিদ্রে থাদোক্লুনা চৎত্রেনে ॥
নঙগী মাখল্ তোক্লুনা কুবুজাগা নৈথোক্ত্রে ।
মাবু নুংশিকবসু খল্লো মাবু থাদোক্ত্রে ॥

মহাক্লদি নুংশিদে নঙনা কদৌ নুংশিনী ।
খুম্মোন্ অসি কাউবদি কবয়বু লেন্‌গনী ॥
কাউরসিরা হায়গুম্না কাউবা ওয়্দে অদুবু ।
কালা ভৃতনা তোংবনা নীঙঙী ঐনা মাদবু ॥
নীঙজমন্দি ফংলরোয় নীঙদবসু ওয়্ৰেদো ।
মাগী মানা অনা-লোয় শোয়রোয় শিবা হায়বদো ॥

(১৮৪)

ইতাও সুবল ঙসিদি থবাই অসি নুংঙাইতে ।
বৃন্দাবনগী কুঞ্জবা নুঙাইহন্‌বা ওয়্জদে ॥
ঐগী খোয়বাংলিবসি কবম্ তৌর নেম্‌গনী ।
হায়মু তাসি থমসী কবি তৌর নুংঙাইনী ॥
নোংদোজ্জক্তা নুমীংনা লেপ্তে মাগী খোঙচংতি ।
মাগী খোঙচং তুংইন্না হৌগ্রে ঐগী পূন্নিদি ॥
রাধা উদ মৈচাক্‌পা খোইনা হেম্না চাক্‌খংলি ।
মপোক্ অসি ফত্তেদা বিথি মানা চাক্‌হল্লী ॥

(১৮৫)

ইতাও কান্হাই তাবিয়ু নুংশি-খোঙচং খোয়বনী ।
চুম্‌গ্রিং চংপা হৈতেদো তাঙজ নিল্‌গুম্ চংপনী ॥
নুংশিবগী মহুদি থুম্না থাবা হেন্‌বনী ॥
মহাও খংবা মীপুম্‌দি ক্রিং ক্রিং চোংল লেন্‌বনী ॥
নবায়বক্তি থীবনা নুংশি খুদুম্ চন্‌গ্রেদো ।
মানা মানা লৈবা তাই লেন্‌বা তাবে কপ্পদো ॥

নহুৎ শিন্বা য়ারদি নুংশি-কৈন্তুম্ শগুদুদা ।
লৈগে নীওঙ্কী য়াদেদো খাঙবা তাবে নথন্দা ॥

(১৮৬)

হঙ্গৎচগে ইবুংঙো ঙসি উন্নরিঙৈদা ।
ঐসি নঙগী ওইদুনা লৈজবসি কাউনুদা ॥
মপোক্ মপোক্ খুদিঙদা নতুঙ ইল্ল থৌগন্গে ।
সেবাতনা পুন্দী ওই নুংঙাইবদি ওইজগে ॥
সুনা তৌগে তৌবিয়ু থীনা তৌগে তৌবিয়ু ।
নহাক্তনা নুংঙাইব ঐগী লোইবে থন্বিয়ু ॥
বাধা কোলোই ফংবদি নঙবু লাংচবননী ।
নঙবু লাংচবগদা পুন্দী মহৈ য়ান্গনী ॥

(১৮৭)

ওহে কৃষ্ণ নুংশিবা থুবে নঙগী লাংদুদা ।
থোক্পা ঙম্দ্রে শম্নামা নহাক্তব্ু থল্লেদা ॥
মপোক্সিদ নত্তেনে মপোক্ মপোক্ নুংশিগে ।
চৃপ্রীঙবদি বসদা নঙগী মতেঙ পাংজগে ॥
পাঙ্গল্-শোন্বী নুজানা নুজা ঐগী থোক্পদো ।
তৌনী মতম্ পুম্বদা নঙগী নুংঙাইনবদো ॥
জগৎ-নুজা পুম্বনা থাদোক্রসু নহাক্পু ।
ঐহাক্তদি লেপ্কনী থৌগন্নবা নহাক্পু ॥

(১৮৮)

বাধে নহাক্ ঐহাক্কী আহলাদিনী শক্তিনী ।
নহাক্তনা ঐহাক্পু নুংঙাইহন্বা ঙম্বনী ॥

পবকীমা বসদো চুপকে নোংগুম্লক্পনী ।
মদুদদা হাওগনী খল্ল শাল্লববনী ॥
নঙগা ঐগা থানদে মতম্ লৈবা খিবিক্তা ।
বৃন্দাবন-সু থাদোক্তে ঐদি খোঙকাপ্ অমতা ॥
নঙগা ঐগা পুন্ন লৈ তোখাম তোখায়নবনী ।
কায়ন মৈচাক্ লাংলগা নুংশি ইবৌ হেন্‌বনী ॥

(১৮৯)

কালেন্ নুংশা য়াক্খরে খাঙবা ওমদে বাবেদা ।
চৎলসিদো ইতাবোয় ইবোয়বদি তুবেন্দা ॥
যমুনাগী লাইজ লূপ্ ইঙগদবা য়েংলুসী ।
যোগমায়া ইবেন্‌বোক্ পুবগবু চৎলুসী ।
মানা পুবক্ পীগনী কৃষ্ণ লাইজ ঈঙবদো ॥
লাইজদুদা ইরোইব থম্মোই মৈচাক্ মৃৎনীদো ।
থম্মোই হক্চাঙ অনী ঈং কৃষ্ণ সেবা তৌগনী
নুংশি লমন্ শিংননী লমন্-নৌবা তোন্‌গনী ॥

(১৯০)

ওক্রকবে কালা ভুত্ কদম-পাম্বী মখোঙদা ।
ভুতনা য়াদে থাদোক্পা তোংল লৈনী মহায়দা ॥
ইতা বাধা নুজাসে খাঙবা ওমদ্রে কবয়ো ।
ওজা মাইবা কৌকচো মন্ত্র কাপ্প তাম্লোক্সী ॥
মীবম্লেন্‌গী ওজানা ওম্লোইদৌবি তান্‌বসী ।
কালা মহাক্ নৎত্রদি ওজা লৈতে অঙম্বা ।
চেল্লো কৌক কনানো মহাক্তনা ওম্বিবা ॥

(১৯১)

শোমবোম বাঁশী মখোঙ্গে ইবুংঙোগী ওইবম্লী ।
অহি, তাংলৌ থেঙ্‌বদা কবম্লবু খাঙগনী ॥
অকি অখঙ কাউখবে থোক্লগেবু নীঙলক্লে ।
মনাক্ থুনা মৌনবা থৌবা, তৌনীঙখৎলক্লে ॥
রাধা মতৌ উবদা হায়জবক্‌যি সখীনা ।
শেম্বা-শাবা লোইবোনে ঙাইবম্লনী মহাক্লা ॥
নঙনা মনাক্ মৌদ্রিখে বাঁশী খোংবা তোক্লোইদো ।
নহাক্‌পুদা কৌনবা বাঁশী মাসু লৈনেদো ॥

(১৯২)

চৎথি চৎথি মাযকৈদা কৃষ্ণ কথা তানীঙই ।
মাগী রানা মথুরে মাগী রাদা তানীঙই ॥
মহাক্‌পুদা উনীঙই অতৈ অমা পামজদে ।
মাগী রাখল্ নত্তনা অতৈ অমা খন্নীঙদে ॥
মাগী রাদ রাবী লী তাহম্লনে নাকোঙদা ।
মাগী চেঙলৌ উনবা পুব চৎলো কোযনদা ॥
রাধা মাথং ফংবদা সখী মযাম্ থৌবা খি ।
সেবা পোৎলম্ লাঙলগা রাধা পুব চৎনখি ॥

(১৯৩)

ন্ শা থীনু ইত্তাবোয নবুঙভোদো নঙগীনী ।
কনানসু শাখবোয নঙনীদবু মচেইনী ॥
মবোল্ অম্রম্ নেকচো নঙগী শয়বো মাতনী ।
মাণী হাসু নঙনী অতৈ লৈদ শাননী ॥
মিপাইগনু মিপাইনু তা না চাবা ঙাইবম্লী ।

অজ্ঞা চাবত্তবা-কাল্ অদুক্ খাঙবা তাবনী ॥
উনবগা কায়নবা কায়নবগা উনবা ।
তাইবঙ পীচৎ অসিনী, খাঙবা কন্বা তাবেবা ॥

(১৯৪)

নুজালক্কী মকোক্কী শক্হেন্-চেংলৌ থোইবীনী ।
কলাবতী থোইবীনী কৃষ্ণ মঙ্গল শক্পীনী ॥
হৌবো কৃষ্ণ কীর্ত্তনদো সখী ঐখোয় তাবগে ।
নঙগী খোঙ্চুম্ অদুদা শক্পা ঈশৈ তাজগে ॥
মাগী লীলাবসদু চুপ্প চুপ্প লেপ্লসী ।
মতম্ মাঙহন্গনুসী শক্তো মঙ্গল তাবসী ॥
শোল্ল শোল্ল নীঙবদি ধ্যান্দা উনী মহাক্পু ।
মাসু থৌরাংলবদি নীঙলম্গনী ঐখোয়বু ॥

(১৯৫)

খোঙথাঙ থুবো খোংলেপ্পী থীল্লবদি য়াববোয় ।
তাইহৌবিদো নবুঙভো শিবল্লদি নীঙঙল্লোয় ॥
নঙ পীদমক্ খোয়বাঙনা মপি শিম্বজহৌবি ।
লৈমায়থক্তা বাধা কৌ থবো থবো ওল্হৌবি ॥
মশু উকববদি নহাক্ লৈফম্ খঙজবোয় ।
চংশি থুনা য়ৌবসি নংত্রবদি নীঙঙল্লোয় ।
মতৌ অদু উবদা অউ খুদিঙ কপ্হৌয়ি ।
মখোয় খিবিক্ লোইনমক্ থেম্ফম্ খঙদা লৈহৌয়ি ॥

(১৯৬)

য়াধা শোন্বা নত্তনা খঙদে মাগী পোথাফম্ ।
নঙগী নাম শোন্বনা ওইবি মাগী নুংঙাইফম্ ॥
নশক্ উবে হায়বগা অমূক্ হেন্না নুংঙাইনী ।

নহাক্তনী মাগী মী অতৈ নৈতে হায়বনী ॥
মমামপা মকপ্সু নখক্তনা সূপ্পনী ।
নত্তগী শক্তিদূতনা মাবু নুংঙাইহন্ববী ॥
কৃষ্ণ জগৎ মপুনী হাযনৈ জগৎ পূম্ব া ।
কৃষ্ণ-থম্রাই মপুদি নহাক্রবু ওইজৈনা ॥

(১৯৭)

সখীগীদি মপাউ তা বাধা শেম্জন্ শাজন্বি ।
কৃষ্ণ মনাক্ যৌনবা যাত্রা তৌব খোঙথাংখি ॥
খোন্জেন ৱাংনা হৌনদি কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্জৈদো ।
নোংজু নুংশা যেংদেদো শাবা ইংবা খঙদেদো ॥
থম্রাই মঙা কৃষ্ণদা কংলপিবাং ঈহৌযি ।
ড়ূদি খ্যাও খ্যাও চোংইদো কৃষ্ণবুদা মনীঙঙী ॥
মাযকৈ মবি য়েংবদা কৃষ্ণ নত্ত উদেদো ।
জগৎপূম্বা কৃষ্ণ ত্তাক্ ওইববোবে নীঙখিদো ॥

(১৯৮)

পূম্নী চুপ্পা ইযৌ লাং লাংদূনদা নৈদবা ।
চাফম্ থক্ফম্ খঙদনা মীৎশেন্ খাঙডু হাযববা ॥
কৃষ্ণপ্রেমগী লীচৎতি মসূপ্পবু তৌববা ।
কৃষ্ণ নীঙবা হায়সিবু চিন্তা পোক্রবগীবা ॥
হাযযু তাসি ইতাবোম কৃষ্ণপ্রেমগী লীচৎতো ।
নখোয় খঙবা যাওববা খঙলবদি হাযযুদো ॥
এগী ৱাসী চুম্লদি তাকউ উপায় কবিনো ।
কৃষ্ণ মাবু নুংশিবা কদম্ তোক্সি হাযবনো ।

(১৯৯)

ইপুবোইবা লৈনদি কদৌ কৃষ্ণ নু৲শিকই ।
মীমাঙ পোংমাং নাইদবা য়াদে কদৌ কাউথোক্লুই ।
কচীন্ চঙল কপ্রেদো মীতাখিনী হায়নদি ।
মাবু উত্রে কপ্রীঙভী চাক্‌য়ি কায়ন-মৈচাক্তি ॥
অসি থোক্রী খঙলম্‌থোক্ কমা নুংঙাইজগবা ।
মানা লাংথাক্ হৈবসু লা৲দা থুজবম্মোইবা ॥
কাজা মানা মদন তেন্ কাপ্রক্‌পদি মতম্‌দা ।
ইনেম্ ইকু নীঙশীঙল চেংনা ভাক্লেম্‌গনীদ ॥

(২০০)

নুংশি লাংদি হায়বদো কবি লংনা শাবনো ।
নো৲জু নু৲শা ফুবদা তংতে কবম্ শু৲বনো ॥
নু৲শা শাব কন্‌থংলী হুমা শৌব কল্লীদো ।
হন্‌ববুদি নাইদেদো মাগীনীদা মহায়দো ॥
মীৎতাঙ্ভবনী নু৲শিবা উবদুদা মউবা ।
অতৈ লৈখি কাউথোক্‌পা চানী থক্রী খঙদেবা ॥
নু৲শিবগী শাজৈদি শাবি শাবি নুংঙাইদা ।
চেন্‌গে খন্দে হোৎচল্লী ফূনে ফূনে হায়নদা ॥

(২০১)

নুজা পাঙল্ শোন্‌বীনা কবি নুংগী নুংশিকই ।
করিনোনে ঐহাক্‌সে মৌনী হায়বা কাউথোক্লুই ॥
যুম্‌গী নুপা কাউথোক্ল অতোপ্পবু নীঙলুবে ।
সতী নত্তে হায়দুনা লৈকাই ব্রা ব্রা লাউনবে ॥
নাকোঙ মেল্ল তাবনী কৃষ্ণ মন্ত৲ লা৲গীনে ।

মাগীদমক্ পোক্লুম্না ইপুবোইবা কাউবনে ॥
ইপুবোইবা কৃষ্ণনী হায়না খল্লী ঐহাক্না ।
নুংশি মৈচাক্ চাক্লুনা হানা পুক্নি লেন্‌জেনা ॥

(২০২)

ফোংনা কৃষ্ণ শোন্দৌসু ইচন্-ইনেম্ লোয়নৈদো ।
শোন্‌বা ঙম্‌দা চিন্তা পু মখোয়নীনা হংনীদো ॥
চিন্তা-খান্নী মৈচাক্তি কল্লী কল্লী ইতাবোয ।
উদবগী চিন্তানা থম্মোই চাক্লে চান্নবোয় ॥
হায়মু তাসি কবম্না মাগা ঐগা উননী ।
অযুক্তসু উনীঙঙ্গী উবগতা নুংঙাইনী ॥
নুংঙাই-শক্তম্ মহাক্নী থম্মোই-লাইশং দেবনী ।
মীংকুপ্তুনা মাযথোং য়েং যেংদুনতা লৈনীঙঙ্গী ॥

(২০৩)

কংস হাৎপা কৃষ্ণদো হাৎপদনা মখৌবা ।
ব্রজবাসী ঐখোয়বু হাৎকে হায়না নীঙবরা ॥
মাবু উদবদগী ঐখোয থবাই পুঙম্‌দ্রে ।
চাবা থক্‌পা কাউখবে কবিমতা হিংনীদ্রে ॥
শিববদি চিন্তাপূম্ কোক্লগনী শোয়বোয়দো ।
শিগ্রিমখৈ চিন্তাগা মকপ্ ওইনা লৈনীদো ॥
খাইন-মৈচাক্ কন্‌গ্রেদা পান্সল্ লৈতে খাঙনবা ।
ফীভম্‌সিদা মহাক্না লাক্লবদি ফদৌবা ॥

(২০৪)

ইতা ঐগী থবাইনা পাম্‌জববা মহাক্তো ।
লম্‌দম্ তাম্না লৈগ্রসু ইকাউ কাউবা য়াদেদো ।

মগুদা উগে নীঙবসু তৃষ্মা য়াদে চিন্তানা ।
য়াবী শাব লেন্দৌসু মতম্ পূম্বা য়াদেনা ॥
মাগী য়াবী শাবদি মক্ষম্ মতম্ নহিবিনে ।
মাগু তৃগু মাযকৈ মবিমক্ পুগুথীঙবুদি থিংবনে ॥
তোম্নি বাধা ঐহাক্সে নোংদম্ থীনা তম্মীনা ।
লৈবাক্ খোক্লা ফংগমদে মাবু নুংশি কদৌনা ॥
(২০৫)
য়াক্নুদা য়াথিকে বিধি মাসু কায়দেদা ।
কায়নবগা উনবা নুংঙাইগনী হেন্নদা ॥
কায়নত্রদি বৌবাংবা পোক্কে কবিগুন্নদা ।
মসি খগুনা বিধিনা শীল্লকপনী খগুত্রদা ॥
নবুংঙোসু য়াবম্নী খোযবাংবনা লোইবম্নী ।
নহাক্ লাক্কদবা বন্ বন্দা য়ানা ভাইবম্নী ॥
নখোয় অনী মান্নৈদো নুংশিখন্দা ওন্‌বদা ।
মহৈ মহৈ নখোয়নী নুংশি লম্জেল্ তান্নৈদা ॥
(২০৬)
থম্মোইনুংদা ইডাংলু নগুগী নাথ কৃষ্ণদো ।
ক্নানসু খগুলোইকো নথন্তনী খগুদৌদো ॥
নমীৎ উইব উগনী চংচং ওইনা লেপ্কুম্না ।
মুনি খষি কয়ানা ধ্যান্দা মাবু উগুম্না ॥
মনা মনিল্ নাইববোয় মীনা থীনা ভাগুনরোম্ন ।
থম্মোই মন্দির হায়দোক্ল মীত্রা মীশা তাববোয় ॥
ইন্দ্রি পূম্বা পূক্রীঙনা মহুৎ শিল্ল শূবনী ।
মাবু তশেং উদূনা চরণ সেবা তৌবনী ॥

(২০৭)

কৃষ্ণ-নুংশি মৈচাক্তি চা‌ৎদম্লঙাই লৈতেনে।
মাবু ফংদ্রে চাক্‌চৈদো ফংলে মাঙদ্র খঙ্গীনে ॥
নুংশি কৌবা খাঙ্গীসে মৈবি থোক্ত চাক্‌য়িদো।
ওম্‌চাক্রহন্ থঙ্গোইবু য়ামৈ চাক্রুম্ চাক্‌য়িদো ॥
অসুম্ চাক্রী খঙলম্‌থোক্ নুংশিজবম্‌বোইদৌনী।
বিধি-নোৎদম্ থীবনা নুৎশিহল্লন্রিবনী ॥
হন্দোক্‌পসু য়াদ্রেদো ক্রিৎ ক্রিং চোংলি মৈনুঙদা।
কনা লাক্লে লায়য়েঙনী হায়যু ইতা ঐঙোন্দা ॥

(২০৮)

নুৎশি মৈচাক্ খাঙম্‌দে য়ৌদে মৈচাক্ অতৈনা।
ওলাংথাগী নুংশাসু খাঙবা ঙম্লা চাক্‌চৈনা ॥
লম্মৈ চাক্‌পা মৈচাক্সু চেন্ন হিৎবা ঙম্মীদো।
লান্‌জাও নোংমৈ মখোক্সু লোংল থৈদোক্ য়ানৈন্দো ॥
নুংশি মৈচাক্ চাক্‌পদি থঙ্গোই লকানুৎদনী।
চেন্‌ফম্ খিক য়াদেদো কবম্ হায়না খাঙগনী ॥
উপায় লৈয়ে অমদি শিব মৈচাক্ লেপ্‌কনী।
শিন্ত্রিমখৈ মুংলোইদো মুংত্রিমবৈ খাঙদৌনী ॥

(২০৯)

চন্দ্রাবলী শক্‌হেন্‌বী লাইবক্‌ফবী মহাক্লী।
ইতা খাধা ঐখোয় লাইবক্-থীবী নুজানী ॥
লেঙখ্রো চন্দ্রা-নাক্তবু ঙাল্লু মাগী কুঞ্জদা।
খুয়া-উফুল্ পাম্মুবা তাহল্লুচো মাগীদা ॥

বাধাগীদি কুঞ্জদা চংঙকনু বাই চাইনী ।
বাইশীং বাইতৈবদবু খূদাঙ চোক্চববনী ।।
লম্বী ফাংলে চঙহন্‌বা শাউবক্কনী চন্দ্রানা ।
নুপা হূবাল্লিবদি কবিগীনো হায়দুনা ।।
নুপা বাক্তে ঐখোয়গী মীগী কদৌ হূবান্নী ।
কবাম্-চাওবী চন্দ্রানা হূবান্‌জবা প্যাস্বনী ।।

(২১০)

ইশীঙ শোক্পা চংশদি মপাম্ছো‌‌ংগী বানীদো
থম্মোয় মকম্ থূপ্লিবা বানা অতোপ্পনীদো ।।
ঐনা নীংজবিবসী কনাদবু তম্সিগে ।
ঐগী বাসী তাবগা কনানবু পেস্দগে ।।
কৃষ্ণ উবা ফংনবা ইমুম্ থাদোক্লীঙবনী ।
রাবেমখৈ চৎলগা থেংনদ্রদি কম্দৌনী ।।
মাসু ঐগুম্ নীঙলদি ঙাইবম্বসু ময়াইদা ।
বিধি মানা শীল্লম্থোক্ উনববু ফংনীদা ।।

(২১১)

কৃষ্ণ চংত্রে মথুবা যামুন ইচেন্ লেপ্খবে ।
শন্নাও খোল্লাং থক্তবে শন্বী শজিক্ ছায়দবে ।।
রাহোং জগোই শাদবে কোকিল খোঙবা তোক্খবে ।
উদা উয়োন্ চোঙদবে লৈবাং লৈশাং তম্দবে ।।
উইে মমুন্ ফাদরে থাজ মায়খোঙ মক্শল্লে ।।
কবৌহন্‌বা নুমীংসু লৈচিন্ মকম্ থূপ্খবে ।।
গোপগোপী পূম্বসু হিংনা হিংনা শিগুল্লে ।।

সখীশিংগা লোয়ননা বাধা যিকক্ খুম্খবে ।
যশোদাগা লোয়ননা নন্দবাজা রাম্বুবে ॥

(২১২)

মথুবাগী মবু‚ঙো, রাধা কৌবী খণ্ডববা ।
মমিং তাস্ত্রে কদৌডৈ, কান্না হায়দু লৈববা ॥
মপাউ লীগে লাক্পনী তাবিগদ্রা খণ্ডদেনে ।
শকুন্তলা কাউবগুম্ কাউবম্গদ্রা খণ্ডদেনে ॥
বাধিকানা য়োক্ চবা পোম্বী-শাগৈ তেনবা ।
শায়খবেনে মায়কৈ-সোম্ খণ্ডবীববা মাগী রা ॥
হংজগেবু লাক্পনী করম্ হিংলি খণ্ডনবা ।
মপাউ অদু পুবগা বাধা হিঙ্গংহন্নবা ॥

(২১৩)

বাধা কোলোই তাবদা তাণ্ডবন্দগী ওম্বুত্রে ।
মথুবাগী মবুংঙো কালাচান্দো রাম্বুখ্রে ॥
হম্বুবক্র হংজখি বাধা কোলোই তাহন্বা ।
কনানোনে নহাক্পু মতিমালা লৌজোবা ॥
লীক্লাং লৌদি লায়দুনা বৃন্দা খুম্খি তন্নদা ।
লাইবরসু ঐহাক্তো বাধানামদি যোন্দেদা ॥
মমল্ য়াম্জে মমিঙদো লৈবা ওন্বা পোক্লিন্দা ।
মবল্-লৈবা কনানো হায়মু মমিং তাগেদা ॥

(২১৪)

বাধা নণ্ডগী কালাচাদ উকই নণ্ডগী কুণ্ডদা ।
ঐবু উব হ্বাউজৈ পিবাং শিম্বু হায়জৈদা ॥

রাধাকুণ্ড উবদা থম্মোই ইবাং হৌবেনে ।
শন্জেন্গনী কাউখবে মহাক্পুদা খল্লেনে ।।
সূর্য্য পূজা তৌবদি লাক্লবোইদ্র হায়য়ুদো ।
ওাইহৌবিবু হায়দুনা পাউদম্ববু চৎলোদো ।।
থীজ্বদি তৌবনু কোবৌহন্বা খোঙলেংঙু ।
লাক্তুবদি শোয়ববোই নঙগী কৃষ্ণ শিবদে ।।

(২১৫)

কৃষ্ণ মপাউ তাবগা সখীগীদি মচীন্দা ।
রাধা তহা তহানা শেম্জন্ শাজন্জখিদা ।।
ললিতানা মেত্তা থং বিশাখানা ওইদা থং ।
সখী মমাম্ কোয়শিল্ল চংলী খোঙথাঙ থুনা থা৲ ।।
কৃষ্ণ লৈবা মায়কৈ তম্ লেঙঙী রাধা তনৌবী ।
নুংশা মৈশা খৌশাদে প্রেমগী ইখৌ লাংজবী ।।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্বনা মশিঙ্গা৲বু ওইববা ।
বৃষভানু মযোম্লোই তমখি কৃষ্ণ ফংনবা ।।

(২১৬)

কৃষ্ণ কালী ওইখবে বশী থাঙশাঙ ওনখবে ।
মনাক্ কুন্বী রাধাগী পূজা হবাও লোইখবে ।।
মথীং থক্চৈ কুটিলা কিনা য়েংজৈ মবুঙদা ।
আয়ান বুক বুদক্ কুন্ বুকমজখি কালীদা ।।
চৌথ্বিজবী মচনবু মখুৎ চি৲ল হোইজখি ।
কালী শক্ফম্ থাবগা নোক্খি কৃষ্ণ নুংশিনা ।
থবাই-ওইবী রাধাবু কোন্খি চেংনা পাম্লোম্বা ।।

(২১৭)

শবৎ অহিং থাবদে নুংশি-ইথৌ হেন্‌হল্লী ।
কুঞ্জবন্দা চণ্ডদুনা বাঁশী খোংল ঙাইজবি ॥
গোপীশিংদি লৈঙম্‌দ্রে বাঁশী মখোল্ তাবদা ।
মপুবোইবা সেবা থা চেন্‌খ্রে গোপী বন্নুংদা ॥
খোল্লাংইন্‌বী কনানা মচা হন্দোক্ চংখবে ।
সংসাব মায়া থৌবিদো খুদক্কু তংখবে ॥
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা কৃষ্ণ নাক্‌পু থৌবিদা ।
মতৌ অদু উবদা কৃষ্ণ কবেম্লখিদা ॥

(২১৮)

গোপী নখোয় ভাওববা আর্য্য লম্বী থাবদি ।
অহিং-তাঙলৌ খেঙ্‌বদা নয়ুম্ থাদোক্ লাক্‌শদি ॥
লাক্নি কনা উনবা লম্মুক্লুক্লবা ।
মীনা কবি হায়গনী অকি-অখঙ লৈতবা ॥
থুনা হল্লো নয়ুম্‌দা থিবক্লিউৈ মখোয়না ।
নখোয়-লক্তা ঐবু উ ঐবু শাউবা শোয়বোয়না ॥
তৌবা-ঙম্বা কনানো ঐগী ইবাল্ শীবনী ।
খাঙবা ঙম্লোই মতম্‌দু খঙদে কবি থোক্লনী ॥

(২১৯)

তাক্‌পিবিদো তাক্‌পীনু লৈবা ঙম্‌দে ইযুম্‌দা ।
ইকাই-ইকি হায়বদো হন্দোক্লগা লাক্লিদা ॥
অঙকপনী বাঁশীখোন্ মখোন্ অদু তাবদা ।
থৌনা-ফবী ওইদুনা অহিংসিদা লাক্‌চৈদা ॥

[১২]

থাবন্নবু শাজে ওই নুংশি খোঙথাং থুহল্লী ।
থস্মোইঙ্গন্‌গী মায়কৈ-তম্ নুংশি ননাক্ মৌহল্লী ॥
ননাক্ মৌবা কন্নানা ময়ুম্ হন্‌বা য়াওবগে ।
নঙগী নুংঙাইহন্নবা মৌসি কবম্ কাউদগে ॥

(২২০)

চানী চাবোই বন্দেদো নঙগীদমক্ লৈবনী ।
নঙ্গী নাক্তা মৌগল্ তৌ লৈগে লাক্চবনী ॥
ইনেম্-ইকু লোইনমক্ থাদোক্রবনী ।
ইচা ইৱা অপুম্বা হন্দোক্ ঙন্ন লাক্পনী ॥
ঐখোয়গীবু থস্মোইদা নহাক্পুদা নুংশিজে ।
নুংশিজবা নহাক্পু বন্দুনদা মবৈজ্রে ॥
লৌশনবিয়ু চান্দুনা সেবা তৌগে পদদো ।
পদ অদু কোল্লগা শিবরসু ফনীদো ॥

(২২১)

কন্নানোনে ঐঙোন্দা কানু মিংলেন তাহন্‌বা ।
নাকোঙদবু চঙলগা থস্মোইলকা মৌবেবা ॥
খাম্বী মৈচাক্ হৌববি খাঙমন্দথৈ চাক্লবি ।
কবিনবু লাইজ ওই থস্মোই ঈংহন্‌গদৌবি ॥
মমিং তাব চাক্পনা অসুক্ কন্না চাক্লদি ।
হক্চাঙ কোন্ন-মৈচাক্তি হায়নী কবি হায়নদি ॥
মৌগী বৰ্ম্ম কায়হন্না চংপা তাবে শাজত্তি ।
কবম্ ঙাক্লী বৰ্ম্মসী নুংশি-ইবৌ লাংনদি ॥

(২২২)

কাদা হায়বা নুপাদো পাম্জকনু বাধিকা ।
মমীৎ কবাম্ চাউবনী খম্নু নঙগী ওইবেকা ॥
খোইমু শাজৎ চৎপনী লৈবা, খুদিঙ চুম্মনী ।
কাদা মানা তম্নীব খোইমু খোইমু ওইবনী ॥
লৈহী চুপ্প শাইখিনী লৈবাং কেন্ন লৈহৌনী ।
খায়ন-মৈচাক্ লাংদুনা লৈবা, চাক্ক কেম্জনী ॥
কবি নুংগী নুংশিকই কবাম্চাওবা খোইমুদো ।
রাজগেবু নাবান্ লেপ্ তৌবা ওইবম্গনীদো ॥

(২২৩)

ফজেদকো বাধাগী চেঙলৌ অদু ফজেবা ।
কবি মচন্ থিদুনা বিথি মানা শাবস্বা ॥
মীগী রাদি খঙদে ঐ, ঐগী থবাই হূত্রেদো ।
মাবু উকবদগী মাবু নুংশিজখিদো ॥
কাউগে তৌয়ি কাউজম্দে নীঙশীঙ নীঙশীঙ মবেবে ।
লাইবেল্ ওক্লকবগী চুবগুম্না লাইচুবে ॥
মপুবোইবা লৈবনী খঙনা খঙনা থাঙম্দে ।
মীৎকুপ্ অমা উদ্রদি ইখৌ লাংবা তোক্লীঙদে ॥

(২২৪)

মীৎচি লাংবু থাক্কর নুংশিনখি ঐখোয়নী ।
মদুদগী হেঙ্গৎলক্ নুংশি পল্লোম্ মৌবনী ॥
ঐখোয়নীগী খম্মোইদি কুপ্রা তক্বাযববনী ।
তক্বায়বগা তোৎতুনা অমতবু ওইবনী ॥
মসী খোক্হল্লিবদি অতে নত্তে মদন-নী ।

অসুম্ তৌনা ঐহাক্পু হন্দোক্লগা চৎপনী ।।
অদুনদি কান্নদ্রে ঐনা মাবু নীঙলুবা ।
দুতী তন্নু মত্তোন্দা ঐসু মাবু থাবেবা ।।

(২২৫)

ইমাবেম্মা যশোদা কৃষ্ণ ফিজেৎপিবত্রা ।
শন্জেন্বগী মতম্ যৌ ঐখোয় মৌজবক্লেবা ।।
খুন্নক্খিদো যশোদা ভসি কানু থাববোয় ।
মহাক্ উদ্রে হায়রগা ঐহাক্ লৈবা ভম্মবোম ।।
সখাশিংনা থরাই রা কানু পুগে হায়বম্মী ।
মানা লোইনা শৃন্ননী মাগুম্ লৈতে হায়বম্মী ।।

(২২৬)

সখা ময়াম্ লাক্লেসে কানু লোইবো চৎনবা ।
শঙ্গোম্-ননী চয়োয়েসে পুবো হোবেন্ চানবা ।।
পাযবো শাজৈ লৈবেসে শন্বী শনাও হোইনবা ।
শাযবো বাঁশী অসিসু শল্লূপ্ কৌবা যানবা ।।
নয়াম্বগা থাননু মতম্ লৈবা খিবিত্তা ।
শিন্নবগে ইমানা বলাইগীদি মখৃত্তা ।।

(২২৭)

ভবা, অহিং চূন্নদো তুম্থোক্লবে ঐহাক্রে ।
মবম্দুনা ওইবা তাই শ্যাম্না হন্দোক্পিবসে ।।
অহি, চূপ্না মিৎশেনখাও তুম্খিবরু খত্তহৌদে ।
কবি হাযনা থেম্জন্নী শ্যাম চাদো শাউবদে ।।
হাযমু সখী কম্দৌনী কাযনগাদ্রা পুম্পিচূপ্ ।

সখী নহাক্ চৎলগা অঙ্গুগেরা মতম্ চুপ্ ।।
য়ানা ফংবা লল্নিদো লাইবক্তিনা ফত্তেদো ।
মাঙবা আবরদিনে ঐদি কবম্ হিংনিদো ।।

(২২৮)

চৎলো শামু যোঙথাঙদা থীল্লগনু যোঙতল্লী ।
যোঙলে কৃষ্ণ বাশীদো কৃষ্ণগীবু নুংশিবী ।।
কিবগনু গুরুজন ইকায়কনু নুপাগুম্ ।
কৃষ্ণ মানা পেল্লগা লোইবে হায়না খন্দোক্লম্ ।।
সখী ঐখোয় থৌগনগে চৎসি কৃষ্ণ শোন্দুনা ।
অকি-অখঙ য়েংনবোয় মহাক্তবু খন্বনা ।।
চৎলী বাধা মহাক্তো সখীশিংনা কোয়শল্ল ।
অকিববু লৈতনা কৃষ্ণ মূর্ত্তি নীঙশীঙল ।।

(২২৯)

**নীঙতম-ফিরাল্ ঙাক্পা**

নীঙতম্ ফিবান্ ঙাক্লবা যেক্রববু য়েংনসী ।
পূক্চেল্ পীক্ল কিবদু খুদক্তবু মৃৎথৎসী ।।
নোংমা পোক্পা মচানা নীনী শিবা হৌনদে ।
শিগদবা জীবনী শির্সা থৌনা ফনদে ।।
নীঙতম্ ফিবান্ মখোঙ লেপ্ লৈসি ঐখোয় তিম্রনা ।
ফিবান্ ম্নপোপ্ কায়হন্বা কনাই মতীক্ লৈতেনা ।।
নীঙতম্ ফিবান্ হায়সিদি লিংজেন্ মানৈ তাক্পনী ।
খুদম্ অসি লাইবাৎকূম্ ঐখোয় লোইনা লাৎতৌনী ।।

[৯৬]

ঐগী ঐগী ওইজবা থাওকো হাযবি ফিবাম্বা ।
চাওখৎপগী খোঙথাঙদো মান্নদৌনী হান্নবিনা ॥
পূক্চেল্ খোযজেল্ তিন্নবা ফিবান্ সেবা তৌফেদো ।
তাংকী পূক্চেল্ চেন্দুনা ইহা ইবাংফদেদো ॥
নুংশীৎলাইগী তেওবা, লৌ ফিবান্ কন্না পায়হন্সী ।
ফিবান্খোন্না মযাম্ পূম্ বাশী খোন্গুম কৌহন্সী ॥
খোম্লুম অদু নাকোঙ চঙ্ থনুঙ-মৌনা শোক্ হন্নী ।
লিঙজেন্ মান্ন-থাঙহাই হাই মেক্রুবনু কিহন্নী ॥
খূক্কৎনবা মেক্রবা তুংহন্দুনা চেন্সহন্সী ।
তেবা মফোন্ পাইবগুম্ কোযচাই কোয়চাই চাইহন্সী ॥
ফিবান্ ঙাক্পা তম্বও নবেবাক্না ন্নুংশিনী ।
পুবাণ লামাই খূদিঙনা নমি, তবাম্ ওক্কনী ॥
চোংথোবক্কো খূৎলাই পায লিংজেন্ ফ।। ঙাক্কবো ।
ফিবান্ মূক্পা লাক্নীঙবা লাক্কনবা হোৎনবো ॥
ফিবান্-খোঙদা নুংঙাইনা থাওহাই-জগোই শাববো ।
নৈবাক্ লেমা ইমাগী খোন্না, নমন শিংলবো ॥

(২৩০)

## নীফুঙবা নীঙতম-নুমীৎতা

ভাবত নীঙতম্ নুমীৎ শী ঙাসি কোবৌ নুমীৎসী ।
মগী ফিবান্ মচু হূন্ পাইবে চৎলে মেংড়ুসী ॥
নীঙতম্ ফিবা। পাইবকপা কুম ওন নীফু ওবনী ।
নু ভাইবনী ইথক্তি মতোউ হেনা কাগা। ॥

কুম্‌জা চনী হেন্নদি মীনাই যোক্লিং থাংখিদো ।
নোংশা পাংবক্ ব্রিটিশ্‌কী লোইবম্বদি ওইখিদো ॥
খাঙখি ইমা ভাবত না ঙম্‌খে নৈত ৱানদি ।
কপ্‌খি পিবাং শিন্থনা মতম্ নৈবা খিবিক্তি ॥
লোইবম্ ওইদ্রিঙৈদদি ইনাক্-খুন্‌বী ভাবতনী ।
লোইচল্লবা কাঙবুনা শুম্বদগী নংবনী ॥
শৌজিক্ নীঙথা তম্‌জবে লায়ববদি কোক্তবি ।
ফিজেং ফীগায শেংপদি হৌজিক্‌ফাওবা তোক্তবি ॥
চবা অনীশুনবু চাদবসু য়াওনবি ।
কন্না শাইবক্ থিবদি চবা হেল্ল শিনবি ॥
নীঙতম্বগী ইহৈদি নুংঙাইনবু হুনজবি ।
নীঙতম্ ফিবান্ পাইহল্ল নৈবাক্ নুংশি লাংনবি ॥
ভাবত-নীঙতম্ মমন্দি অহিংসাগী মন্ত্রনী ।
মন্ত্রদাতা মহাত্মা মহাত্মা গান্ধীনী ॥
কলিযুক্কী থৃংলাইবু বোম্বোক্‌হন্দে মন্ত্রনা ।
মবম্‌দুনা বৃটিশ ভাবত থাদোক্‌হন্‌খিনা ॥
থোন্‌খি গান্ধী মহাক্‌পু ভাবত পোক্‌পা পন্থৌ কৌ ।
শেম্‌খি মালা লুটিংবা ভাবত নীঙতম্ গুরুবা ।
অহিংসাগী মন্ত্রদা দীক্ষা লৌবা অথৌবা ॥
মীপুম্ খুদিঙ মনীঙ তৌ ৱাঙ ংজবা গুমহল্লী
শাসনতন্ত্র লেংদুনা লোইনা লেংমান্নহল্লী ॥
অচৌ পিশক্ নাইহন্ত্রে নুংশি লাংনা পুন্নবে ।
অরাং অপা য়েংনবে চাওখং থৌবাংমিন্নবে ॥

(২৩১)

নীঙতম্-ফিবান্ পাইনবি য়ুম্থোং য়ুম্থোং খুদিঙদা ।
জাতি-শৈবোন্ শক্পদা ধর্ম্ম পন্বা নাইদেদা ।।
জন গণ-মনগী অধিনায়ক খুৎময়ে ।
অরাং খাবম্ তুনবু শৈশক্লবা চোংথোক্লে ।।
পুম্লিল্ নিংগী অতিয়া জাতি শৈশক্ শৈথোক্না ।
পাবি মমোম্ শক্চেদো পৃথ্বীঙ তুজুং হবাওনা ।।
ফজে শক্তি ভারতকী কবিগবু চাংদম্লী ।
চাংদম্লগাই লৈবস্ থোর্জে কবম্ শৃগনী ।।
মণি বত্র পোক্চবী হিমালয়গা কোক্থোক্লী ।
লৈহাওপীবী তুরেলগা মবল্ ওইনা চেন্বনী ।।
ইম্লী মচা ময়াম্দা মাগী খোম্লাং অমৃত ।
ঋতু তরুক্ থৌগল্লী কংলী হাওবা উহৈতা ।।
মাগী বেদ মরীনা যেম্লী জ্ঞানদি জগত্তা ।
সামগানবু শক্লুনা শান্তিবাণী তাক্চৈদা ।।
হিন্দু মুস্লীম্ খৃষ্টিয়ান্ বৌদ্ধ, জৈন লোইনমক্
মনীঙ তম্জৈ লাইনীঙদা নুংশিনজৈ পুম্নমক্ ।
জীব জীব অহ্ম াগী খেন্নববু থৌশাদে ।
পন্নেম্ লমা্ শিংনবা হোৎনবদি তোক্লদে ।।
নাম্দারক্বি পাকিস্তান্ যাম্মি মাগী নোংপোক্লম্ ।
ভারত াচু বিবদে কনাগীসু পাম্দে লম্ ।।
মীপোৎ মীবল্ পামদবী ভারত করাম্দবীনী ।
কিদে মাবু কনানা হাযাদে যেক্ল তিংখংনী ।।
তাক্লী ফিবান্ মচুা ত্যাগ মন্ত্র মাগিনী ।
লৈহাও চেন্বী ওইদনা পীজ পীথক হৈবিনী ।।

তাক্তি অশোক চক্রনা জগৎ-চাওখৎ খোঙথাঙবু ।
অহিংসাগী মন্ত্রনা পুখোক্পদি পৃক্চেন্বু ।।
নুংশিবনা থৃৎলাই ওই জগৎ-থম্মোই হুবিদো ।
কনা লাক্নী য়েক্রবা চাননদি হায়মুদো ।।

(২৩২)

বেদ পুরাণ লোইজবী ভাবত লৈমা ইমানী ।
অশোক-হর্ষ আকবব নিংথৌশিংগী পরেংশী ।।
গান্ধী পণ্ডিত পোকচবী চাবোক্ লৈবী ভাবতনী ।
সবোজিনী নাইডুখোই লুচিংবীবু পোক্পীনী ।।
ভাবত মাগী নীঙতম্বা ভাক্নী থরাই য়াওনদি ।
নীঙতম্বদি পাম্বশা তৌনু হাঙেঙদবদি ।।

(২৩৩)

বাধে ঐদি গোপনী শন্জেন্বনা ইথৌনী ।
শন্জেন্বগী জাত্তা পোক্ শনজেন্দুনা লেন্বনী ।।
পীবিত্তিগী বাফমদো কবম্মবু খঙগনী ।
পীবিত্তিনা মচাক্ ওই বাধা নহাক্ লৈবনী ।।
বাধা নহাক্ নত্তনা অতৈ অমা খঙদেনে ।
নুংশিবসু নহাক্তা নহাক্পুদা নীঙজৈনে ।।
জটিলাগী মথৌনী আয়ন সংগাই ভান্বীনী
খঙনা খঙনা নত্তবুতা নুংশিজবা ঐহাক্নী ।।

(২৩৪)

থীরগনু বাধিকে নবুংঙোনা ভাইহৌবে।
নঙবু উদবদগী থবো থবো ওলহৌবে ।।
মতা চাদববদি চোংথবম্মী কুণ্ডদা ।

ইবাক্রব শিবদি উনহৌদা তোক্লীদা ।।
থীম্বনু শকহেন্বী কৃষ্ণ নুংঙাই ঙম্হন্বী ।
সেবা তৌহৌকসিনে শিদ্রিঙ্কেদা শক্ হেন্বী ।।

(২৩৫)

ঙসি কোবৌ নুমিত্তা রাদি অমা হঙ্গৎকে ।
লৌগে লৌখোই্ ননীঙনী হংবদদি হঙ্গৎকে ।।
থবাই যঙা ঐহাক্কী কৎলে খুয়া থম্বাব্দা ।
কাওখোকপীবোয় খব্দুনা হঙ্গৎচবা রানীদা।।
কবি রানো বাধিকে নঙগীদমক্ পোক্ পনী ।
গোপ মচা ওইন পোক্ নন্দনন্দন ওইবনী ।।
নঙগী রাখল্ নত্তনা অতে অমা লৈতেনা ।
নঙগী কোলে'ই্ শোনবা খুত্তা বাঁশী পায়জেনা ।।

(২৩৬)

খোংলো বাঁশী খোযবাঙনা বাধা বাধা হায়নবু ।
মশক্ উদ্রবসিদা কবম্ ঙম্নী হিংববু ।।
বাধা কৌহনবগী নঙগা সঙ্গ তৌবনী ।
লাগ্না চংশা নখোব্দু বাধাই্ নাকোঙ যৌগনী ।।
মখোন্ তাব মহাক্সু লৈবা ঙম্লোই তুমিন্না ।
অকি অখঙ থাদুনা ইনাক তান্ন লাক্লীনা ।।
লেপ্পগনু খোংবদি অতৎ অখম্ নাইবনু ।
মানা ইনাক্ যৌদ্রিফাও খোঙববুদি তাক্লনু ।।